লেঙশিনবিরকউ !

লেঙশিনবিরকউ !

— ডিভাইন ক্লিনিক এণ্ড ফার্মাসী, ককচিং বাজারদা —

১। অদোম্না মহৌশাগী লাঈয়েং, আয়ুর্বেবেদ নত্রগা হোমিও-পেথীগী পাম্বৈনা লাঈয়েং বিনিংলবা নত্রগা লাঈয়েংশিং অসিগী হিদাক দরকার ওইবিরবা।

২। মুপা পোক্লবা হিদাক পাম্বিরবা।

৩। লাঈয়েং লাইরিক পাম্বিরবা।

৪। দশা য়েংবিনিংলবা ( কুঠিগা লোয়ননা )

৫। রবর স্তাম্প ( সিল ) দরকার ওইবিরবা,

অসিনচিংবা।

অদোমগী—

ডাঃ এম, ধনেশ্বর সিংহ

ককচিং : মণিপুর।

# মচুগী পাক্ষেনা লাইদ্রেংবা

( ০ )

অইবা :—

ডাঃ শ্রীমোইরাংথেম ধনেশ্বর সিংহ

*N. D. ( Gorakhpur ), H. M. D. S. (Bihar), Ayurved Visharad (M.A.S.)*
*D/C Divine Clinic & Pharmacy.*
*Kakching Bazar, Manipur*

Secretary :— (i) INPA (NEF Zone) (ii) Kakching Prakitic Chikitsa Samiti.

Member : — Manipur Prakritic Chikitsa Samiti (Executive Committee) (ii) Manipur Ayurved Samelan, (iii) Homoeopathic Medical Association of India.

মমল ৫·০০

অকোঙবা — ডিভাইন ক্লিনিক এণ্ড ফার্মাসী,
ককচিং বাজার, মণিপুর।

মখুৎ য়েকপা অমস্নুং শ্লোক শাবা — অইবমক

অহানবা কোঙবা — সেপ্টেম্বর, ১৯৮০ ইং

লাইরিক ফংকম—
ডিভাইন ক্লিনিক এণ্ড ফার্মাসী,
ককচিং বাজার, মণিপুর।
অমস্নুং
অতৈ লাইরিক য়োনকম হুকানশিং
ফংকম খোকপা পুম্নমক অইবগীনি

---

নম্ফম :—
লীচিং প্রেস, ককচিং।

# অইবগী কলমদগী

ঐগী পিক্লবা লাইব্রিক মচাসি" পুথোক্লিংঙেগী মমাংদা অতোপ্পা খরা চাউবা লাইব্রিক অমা পুথোক্লবা আশা অমা তৌজরমই। শেল থুমগী মতাংদা থুদোংচাদবা লৈবদগী খন্না খন্না পাংথোকপা ঙমদনা মতম খরদং লৈজরুরে। কুমসিগী ওইনা লাইব্রিক অমা কাওবা পুথোকপা ঙম্নরোইদ্রা হায়বগী মিপাইবা কাওবা পোক্লুরবনি। অদুবু মণিপুর সরকারগী এডুকেসন বিভাকী ইংশোক ১৯৭৯/৮০ গী লাইব্রিক লৈবদা খনবিদুনা হায়া কোঙজগ্রবা (১) যুম্বাল্লোন লমজী অমসুং (২) অরোনবা লাঙ্গনাগী লাঙ্গয়েং হায়বা লাইব্রিক অনী অদু কপি ১৮০/২ লৌবিখিবা অদুগী ফংলকপা লুপা খরদুনা প্রেসকী তোল্লম্বা শেল খরা শিংদোকগ্রগা অরেম্বা খরদুনা কোম্নগদবা য়েংদুনা লাইব্রিক মচাসিমা পুথোকচবনি। আশা লৈত্রবা মতমদা অনৌবা আশা পিবিরিবা বিভাক অসিবু হন্না হন্না থাগৎচরি। মতুংদসু তত্তনা অইবগীদা নত্তনা মণিপুরগী নৌনা ঈনথংলকলিবা অইবশিংবু ঙেংবাংবিনবা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি।

হৌজিক্কী মৈতৈ ঐখোয়না হৈনঙ্গরিবা লাঙ্গয়েংবদি ডাক্তর হায়রগা খঙনরিবা এলোপেথীগী লাঙ্গয়েং মথল অসিনি। হেনজিন্না চারুবদগী চাবা ভুমত্রে ডাক্তর, চাশিন্নগা ফায়দোক্ক-

মখোয়গী মুংশং থুংলে, তীল লৈরে ডাক্তর। অমেও থুসিংগী ডাক্তরগী কোমদা পুখরে। ডাক্তর অমনা পিক্লবা চেক্নেং অমদা ইরকপা হিদাকশিংহুদি য়েংলুবদা লুপা ৩০/৪০, য়ামল্লবদা ২০ গী মথক। থুদক্তা শেল পুথোক্কুনা লৈবা ওম্বা শেঙাও পাল্লবা কাংবু থরনা থুদক্তা লৈরবস্তু শেল পুথোকপা ওমদহনা লৈবা ওমদবা কাংবুস্তু কোঙাইনি। হিদাক লৈবা ওমলোই থম্দুনা ডাক্তর য়েংহন্নবস্তু য়াওদবা নত্রে। শম্মা হায়রবদা মতম চানা লাঙ্গৈয়েংবিহৌদবদগী শিথিবা কয়াস্তু য়াওরিবনি। অসিগুম্বা থৌদোক কয়াসি হকশেল কাংলোন থরা থরদা ওইরবস্তু খঙ-নরবদি থরদা ওইরবস্তু ওাকথোকপা অমস্তুং কনবা ওমগনি। উদ্দেশ্য অসিদগী পুথোকচবনি লেখকী লাইরিক অপিশকসে। অতোপ্পা অমনা হীরমসিগা মরী লৈনবা মণিপুরগী লাইরিকশিংগী অরাংপা মেনশিন্নবা।

লাইরিক অসি পিক্লবস্তু বানান লানবদি য়াওখিদবা নত্তে। মশীং খিঙমদনা লানগ্রবজাংনি। মকুওইনা অক্লম-অয়াংদা, চৈতনশিংদা। অরানবা পুম্নমক মথংগী থুংকোঙদা চুমথোক-চরগনি। অহন-লমন, ওঝা-গুরু খিবিক্লা অরাং অপা মেন-শিনবিরক্লবস্তু হয়াও হয়াও লৌশিনজবগা লোইননা মথংগী থুংকোঙদা শোয়দনা হাপচিনজগনি।

লীচিং প্রেস, ককচিংনা শেল পুমগী রাখন থাদোক্কুনা য়াম্না থরাই য়াওনা হোংনবিহনা লাইরিক অসি পুথোকপদা

তোংবাংবিবগীদমক থরাই হকচাং য়াওনা যুংঙাইবা কোংদোকচরি।

অরোইবদা, লাইব্রিক অসিমা পুখোক্লবা হোৎনবদা মতেং লৌখিবা লাইব্রিকশিংবু ইবিরম্বা ওঝাশিংগী মকমদা পুক্নিংগী শিংথমলরোইদবা নমন তোনশিনজরে। মতেং লৌখিবা লাইব্রিকশিং :—

১। ডা: এস: জে: সিংহ, লক্ষ্ণৌগী 'Cromopathy'

২। J H. Kellog M. D. গী Light Therapeutics

৩। দেহাতী পুস্তক ভাণ্ডার; দিল্লীগী "সূর্য্য কিরণ চিকিৎসা"

৪। Industry Publishers' Private Ltd. Calcutta 4 গী "Cotton Dyeing and Printing."

৫। রত্নাকর প্রকাশন কার্য্যলয়; ইটারাগী থা থাগী চেকোং "রত্নাকর"

৬। টি: যোগেন্দ্রজিৎ সিংহ, ইম্ফালগী "শিদ-হিদাক"

৭। গোরাখপুর নেচর কিওর কলেজদা নৈনরকপা থোৱাইগী নোটশিং লোইননা মকম অদুদা থেংনরকপা অমম্বুং উরক-পশিং, অসিনচিংবা।



# হীরম-লমাঙ

# মচুগী পাম্বৈনা লাঙ্গয়েংবা

## মচুগী কান্নবা

ঐখোয়না উরিবা মখল মথেলগী মচুশিং অসি য়েংবদা কাইজ হায়বসিদি মীপুম খুদিং খঙনরবনি। মচুশিং অসিনা মী-ওইবগী থম্মোইবু শুমহৎপা ঙমই। মরম অসিদগীনি ঐখোয় খুদিংনা অপাম অপাম্বা মচুগী ফি-রোল খন্দুনা শিজিন্নরিবা, মরুওইনা শুজাশিংনা। মচু কয়া পুনশিন্নহনা মখল কয়াগী লৈগী নাচোম (চবুন) শেমহনা লৈতেং-পোং ওইরিবনি। মতৌ অসুম্না মচুশিং অসিনা ফজহনবগুম মখোয়গী কান্নবসু লৈ। তোঙান তোঙানবা মচুগী মগুণ খেম্নবগী মতুংইন্না শিজিন্নকমসু খেন্নে। থোইদোক হেন্দোক্না হায়রবদা মচুশিং অসিনা জীব শানবদা নামন্নিবা লাঙ্গনা কয়ামুক কোকহনবা অমসুং নারকদবদগী ঙাকথোকপা ঙমই।

তোঙান তোঙানবা মচুশিং শিজিন্নহনা লাঙ্গয়েংবসি মহৌশাগী লাঙ্গয়েংদদি তঙাইফদনা চঙত্রবা য়াত্রবা লাঙ্গয়েং পথাপ অমা ওইনা লৌনৈ। মহৌশাগী লাঙ্গয়েংগী কলেজশিংদা বিষয় অমা হাপ্পুনা য়াম্না কুপ্না নৈনৈ। মখল কয়াগী মচুশিং অসিনা

দরকারগী মতুংইন্না শিজিন্নহনা শেল ইচং চংহন্দনা লাইনা খুদিং য়েংবা য়াই। অসিগুম্বা লাইয়েং পথাপ অসি ম্না লৈবাক্কি হায়না চাউখোকচরিবা ঐখোইগী মণিপুর অসিদদি শিজিন্নবা ইউ উস্ত্রি। থরুচ য়াম্না হেন্না চংলোইদবা মরম্না থুমখোঙ খুদিংদা শিজিন্নবা য়াগনি।

---

## মচুগী মথল

ঐখোয়না উরিবা মঙাল অসিদা ঐখোয়গী মিৎনা শেংনা উবা ছঙ্কগ্রবস্থু চুমথাং থনবদা উরিবা মচু তরেৎমক শুনা য়াওই হায়বসি অমুক হন্না হায়রুক্তবস্থু থঙনরবা ভাক্তুনি। মচু তরেৎ অহুদি (১) অঙাংবা (Red – লাল) (২) অতিয়া মচু (Light blue—আসমানী) (৩) থামেন মচু কনাগুম্বনা মক্ত্রা মচু (Violet—বেংগনী) (৪) নাপু মচু (Yellow—পীলা) (৫) অশংবা মচু (Green – হরা) (৬) হিগোক মচু (Indigo—গহরা নীলা) (৭) কমলা মচু (Orange--নারংগী) অসনি।

মচু তরেৎমক অসি লাইয়েংবদা শিজিন্নবা য়াই। অহুম ওইনমক মচু তরেৎ অসিগী মন্নুংদা অঙাংবা, নাপু অমস্তুং অতিয়া মচু অহুম অসিনা হেন্না মরুওই। মচু অহুম অসিনা লেমহৌরিবা অতোপ্পা মরিহুগী মচুং শিন্দুনা শিজিন্নবা য়াই

মরমদি মচু অহুম অসিনা তোঙান তোঙানবা চাংদা তিন্নরগা মচু মরিহু পুথোকপা য়াই। মথোই অহুদি—

(১) অঙাংবগী শক্লক মরিগা নাপুগী শক্লক মরিগা তিন্নরগা কমলা মচু ওই।

(২) অতিয়া মচুগী শক্লক মরিগা নাপু মচুগী শক্লক মরিগা তিন্নরগা অশংবা মচু ওই।

(৩) অতিয়া মচুগী শক্লক নিপালগা অঙাংবা মচুগী শক্লক মঙাগা তিন্নরগা মঙ্গ্রা মচু ওই।

(৪) অঙাংবগী শক্লক মরিগা অতিয়া মচুগী শক্লক মঙাগা তিন্নরগা হিগোক মচু ওই।

---

# শিজিন্নবগী পান্থৈশিং

মচুশিং অসিদি মগুন্দগী ওইবা (এবষ্ট্রেক্ট নাউন) পোং ওইবনিনা মিংনা খেংবদা উরবস্থু খুংনা শোক খোংপা য়াদে। মরম অসিনা মচুশিং অসি শিজিন্নগে হায়রবদি মচুশিং অসিগী মগুণ য়াওবা পোং ওইনা শিজিন্নবা তাবনি। খঙজিনবা য়াই মাহুদি মঙালদা য়াওরিবা মচুশিং অসি মাগা মাগা মায়কা মচুশিংদা চংনবা হোংনৈ অমসুং চংই। খুদম ওইনা হায়রবদা অশংবা মচুগী পোংতা মঙালদগী অশংবগী গুণ চংই। অঙাংবা মচুদা অঙাংবগী গুণ চংই অসিনচিংবা।

কনাগুম্বা অনাবা অমা য়েংবদা ভোজ্জান ভোজ্জানবা মচুশিং অসি শিজিন্নবা তারবদি অনাবগুদা চাবা, থৈবা য়াবা পোংশিংদা মচুশিং অসিগী গুণশিংছু য়াওহল্লগা শিজিন্নবা তাবনি। মরম অসিনা মচুশিং অসিবু কাহুনা শিজিন্নবগীদমক ঐখোয়না লেপ্তুনা শিজিন্নখিবা থরাইগী মশক ওইরবা চিঞ্জাকশিং মরুওইনা ঈশিং, চিনী, মিশ্রী, ঘী, থাউনচিংবা অসিদা মচুগী গুণশিং অসি চংহল্লগা শিজিন্নবা তাই। মখোয়শিং অসিগী মন্নুংদা ঈশিংনা থ্রাইদগী হেন্না দরকার ওই মরমদি ঈশিংদা শেম্বনা মতম শাংনা চংদে অমম্লুং হোঙনা ফংই, মীওইবদা দরকার ওইবস্থ হেল্লি। মতৌ করম্না দরকার ওইবা মচুগী গুণশিং অহু চানথক্লবা পোংশিংদা শেমগদগে হায়বত্থ মথাদা মথং মথং য়েংলসি—

মতাং অসিদা খঙবিগদবা অমনা ঐখোয় মীওইবগী হিংমনবগী লানফমদা ফি-রোল হায়বসি থানবা য়াম্রবনি। মুপী, মুপা, অঙাং, অহল থাক্তনা ফি-রোল শেংনরি, ইম্নরি, লিংনরি, অংবু অয়াম্বনদি করি মরমগী পামলিবনো হায়বহু খঙদনা অপাম্বা অমা লৈহুনা হেক্তা শিজিন্নৈ। অপাম-পামদনী বা ইনৎ মত্তনা য়েংউবা অমা হেক্তা লৈরগা শিজিন্নবস্থ য়াওই। সিনেমাগী হেরো অমম্লুং হেরোইনশিংনা করি করম্বা মচু নম্রগা মরাং শিজিন্নখিবগে হায়বত্থ য়েংলগা মখোইগী ফেসিয়ন্দা ঐখোয়গী চংনবী পথাপ থুগাইহুনা ফি-রোল শেং-ইনবস্থ য়াওশিল্লক্লবা নল্লে ঐখোয়গী সমাজদা। মসি য়াবমথৈদি শেমদোক্লবা

দরকার ওই। শেল চংবা চপ চপ থায়রবদা, ফি কনা থাক্লবা কাংখুদা ইশা ইশাদা কয়স্ব মচু শিজিন্নরগা কর্বি, কয়স্বা কান্নবা কংহৌগদগে হায়রবচ্ য়েংশিন্নগা ফি-য়োল লৈহনা নত্রগা শান্দুনা শিজিন্নবা যৈ। অচ্ ওইরবদি থবক অমতনা কান্নবা অনী কংহনবা ঙমগনি হায়রবদি ইশাগী দরকার ওইদ্রিবা কিন্তু কংবা ঙমগনি লোয়নননা ইশাদা লৈরম্বা লাইনা অমম্ভ্ ঙাকখোকপা ঙমহৌনি অমম্ভুং থুনা কহনবদা তেংবাংগনি। খুদম ওইনা হায়র্রবদা ভিটামিন এ য়াংভুনা মিং ভোয়না নাহনবা নত্রগা মিং উবগী শক্তি য়াংপনচিংবা মিংকী বেয়া লৈবা নত্রগা কোক ঙাওহনবা অমদি কাউগনবনচিংবা খোপকী বেয়া লৈরবদি অশংবা মচুগী ফি-য়োল শিজিন্নবা কান্নগনি। .:.

ভিটামিন সি অমম্ভুং বি য়াংভুনা য়ায়া পাংপা পোস্থ-নচিংবা উনশাগী লাইনা লৈবা কাংবুনা নাপু মচুগী ফি-য়োল শিজিন্নবা দরকার ওই। পুক্তা য়েকপা থিনবা ভোয়না ভৌ-গনবা পুক্কী ল্যাইনা লৈবা কাংবুনা কমলা মচু নত্রগা শংবান্নবা মচু শিজিন্নবা দরকার ওই, শীংলিগী লাইনাদা কমলা মচু, ঈ য়াংপা অমম্ভুং মুপী থাগী থ্রতু লিকপা কাংবুদা অঙাংবা মচু। থম্মোইগী লাইনাদা অতিয়া মচু। কুইনা শোন্দুনা লৈবা কাংবুদা মঙ্গ্রা মচু অসিনচিংবা।

---

# ঈশিংদা মচুগী শুণ শেম্বা

মচুগী শুণ শেম্নবা ঈশিং অহু মনম মহা চেন্নবা, অক্লবা ঈশিং ওইগদবনি। নোং ভাবা মতমদা লোবা টিনগী ঈশিংনা খ্বাইদগী হেন্না কৈ। হায়রিবা ঈশিং অসি কংব্রগা পূথ্রী, ভুরেল নক্রগা শুহানচিংবগী ঈশিং শেংনা শেংদোক্লগা শিজিন্নবা য়াই। ভৌবদদি মুংশা লাংবা মকমদগী ওইগদবনি।

ঈশিংদা মচুগী শুণ হাপ্পা হায়বসি ঈশিং হাপলিবা পাত্র অহুগী মথা পোনবনি মরমদি মুংশাগী মঙালদা য়াওরিবা ভোঙান ভোঙানবা মথলগী মচুশিং অসি মায় মায়বা মচুশিংদা চংনবা হোৎনৈ অমম্ভুং চংই হায়বসি মথক্তম্ভু পনপ্রে। অশংবা পাত্রদা হাপলগা মুংশা মঙালনা য়ৈহনবদা ঈশিং অহু অশংবগী শুণ ওইগনি। অঙাংবদা হাপলগা অঙাংবগী শুণ লৈগনি। মতৌ অমুগ্না হাপলু হাপলুরিবা পাত্র অহুগী মচু মচু অহুমকী শুণ অহু ঈশিং অহুদা লৈহৌগনি। পাত্রশিংগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না খুদোংচাবদি লিক্লীনি। মরমদি লিক্লীদি মঙালনা য়াম্না লায়না থাওহুনা চংপা ভুমই অমম্ভুং চংলি। মরম অসিনা লিক্লী মমুংদা য়াওরিবা ঈশিং অহুনা মঙালদা য়াওরিবা মচু অহু য়াম্না থুনা চিংশিল্লি। অসিদম্ভু নম্ভনা লিক্লী হায়বসিদি মহৌশানা কোহ্লিং কাগনদে অমম্ভুং মনম মহা চেন্দে।

মরম অসিদগীনি মহৌশাগী লাইয়েংগী ডাক্তর অপুম্বনা মচুপী লাইয়েং সরকার ওইরকপা মতমদা লিক্লীদদা শিজিন্নরিবা।

লিক্লী অহুম্মু চমোং চমোংনা শিজিন্নবা য়াদে, নিংথিজনা শেংদোক্লুনা ভক ভক্লরবা ওইগদবনি। ওমলবদি করিগুম্বা দাগ অমত্তা লৈতবা লিক্লী ওইগদবনি। মথুমে অহুম্মু লিক্লী অহুপী মচুগা মান্নহনগদবনি। লৈবাক মথক্তা থমহুনা নুংশা য়াইবস্তু ফত্তে। কালগুম্বা অরাংবা অমগী মথক্তা থাংগৎকদবনি। কাল অহু মচু শঙবা ফত্তে। করিগুম্বা শঙবা ভারবদি লিক্লী অহুগী মচুশিং অহুগা মাম্ন মান্নবা শঙগদবনি।

লিক্লী থম্লিবা মফম অহু নুংশা লাংবা মফম ওইগদবনি। উরুম হেক লাংশিল্লকপগা খুদক্তা য়াম্না থুনা নুংশাদা হোং-দোক্কদবনি। য়ামত্রবদা পুং ৪ রোমদি থমগদবনি। মতম হেনবগীদি অকায়বা করিস্তু লৈতে। হিদাক ওইনা শিজিন্নবা য়াম্নে নত্রগা য়াত্রি হায়বা খঙনবগী ঘড়ী লৈতবা কাংবুগী খ্বাই-দগী লায়বা পাম্বৈদি লিক্লী অহুদা য়েংলগা খঙবা য়াই। লিক্লী অহুগী অহাঙবা শরুক অহুদা কোঙ্গোল মচা মচা কারকপা উরবদি য়াম্নে হায়বা খঙগদবনি। কোঙ্গোল কারক্লিমখৈ নুং-শাদা থমগদবনি। অয়ুক্কী পুং ৯ দগী নুমিদাংবাইগী পুং ৪/৫ কাওবগী মরুংদা নুংশাদা য়াইনবগী খ্বাইদগী ফবা মতমনি।

শিজিন্নবা ঈশিং অহু নুমিং খুদিংগী কোয় কোয়নবদা শেম্বস্তু য়াই নত্রগা চয়োল অমরোমগী কোয়নবা শেমদোক্লবস্তু য়াই। অসিদগী হেল্লবদি কাম্নবা রাংকনি। নুমিং ৪/৫ লিগী

পুম্না শেমলোক্লনা থমগে হায়রবদি করিগুম্বা মচাল অৱংবা ঱ৈমনবা উপু অমগী মচুংদা থমগদবনি। উপু মচুং অচুম্বা লিক্লী অচুগী মচু নত্তবা অতোপ্পা মচুগী পোৎ অমগা মক্লল থমলোইদবনি। শেম্লবা ঈশিং অহু শাৱিৎচেদা শিজিন্নবগী কত্তে। ঈংথক্লবা মতুংদা শিজিন্নগদবনি।

*N. B.* :— অপাম্বা, দরকার ওইবা মথলগী মচুগী লিক্লী কংক্লবদি অপাবা মচু অচুগী চেনা য়োমশিন্নবা অতোবা লিক্লীদা শিজিন্নগদবনি।

---

# চিনিদা মচুগী গুণ শেম্বা

ঈশিংদা মচুগী গুণ শেম্বনা থুনা শিজিন্নবা য়াই, অথু-অহা নংহল্লি। অদুবু থবক চিনবা মীনা তোম্বনা মাচুগী তৈয়ারী তৌবা চুমজত্রবা, অমুক শেমখিবনা কুইনা থমহুনা শিজিন্নগে হায়রবদি ঈশিংদা শেম্বা হুংজাইতে মরমদি ঈশিংদা শেম্বা মচুগী গুণ অহু মপূল্লি তেলহল্লি, কুইনা শিজিন্নবা য়াহন্দে। তঙাই ফদনা হুমিং ৫/৬ নি থম্বা তারবদু থমকয়চিংবদা য়াম্না ফেম্না তৌই। অমুত্তং শেমখিবনা কুইনা থমহুনা শিজিন্নগে হায়রবদি চিনি অতাওবা নত্রগা মিশ্রীদা শেম্বা য়াই।

চিনি নক্রগা মিশ্রীদা শেমগে হায়রবদি হায়। য়াম্না কুপ্না তকথায়গদবনি। তকথায়রবা মতুংদা দরকার ওইরিবা লিক্লী অহুদা হাপচিল্লগা মখুম চেৎনা কুপশিন্নগা মুংশাদা থমগদবনি। য়াম্না তোয়না ওনগদবনি। ঈশিংদা শেন্নদা থন্নগুম্না চিনিদা শেম্নদম্মু কালগুম্বা অরাংবা অমদা থ্যাংগত্তুনা থমগদবনি।

মুংশা শাগৎলকপা মতম চাউরাক্না অয়ুকী পুং ৯ লোম তাবদগী মুংথিলগী পুং ৪ রোম তাবগী মতমসিদা মুংশাদা পুথোক্তুনা থমগদবনি। মতৌ অম্মুম্না নুমিৎ খুদিংগী মুংশাদা পুথোক পুথোক্তুনা থম্নসি য়ামত্রবদঃ থা অমরোমদি থমগদবনি। অহু নক্রবদি মচুগী গুণ অহু মপুং ফানা লৌশিনবা ঙম্লোই। থা ৩/৪ ফাওবা কৌহুনা শেম্না চম্লবদি হেন্না মপুং ফানা কায়বা ফংগনি। মতৌ অম্মুম্না চিনি নক্রগা মিশ্রীদা শেমগ্রবদি অমুক্তং শেম্নমা থা ৬/৭ হেন্না থমহুনা শিজিন্নবা য়ারে।

চিনি নক্রগা মিশ্রীদা শেম্নগুম্না হোমিওপেথী (লাইয়েং মথল অমা) দা তত্তুনা শিজিন্নরিবা শঙ্গোমগী পাউদর (Sugar of milk) নক্রগা পিলস হায়রবদি গুলী মচা মচা অঙোবশিং অহুদা শেম্নবম্মু য়াই। শঙ্গোমগী পাউডরদা শেম্নদি চিনিদা শেম্নগী মওংগা চপ মান্নগনি। পিলসতা শেমগে হায়রবদি থা অনিরোমদগী তানা মুংশাদা থমহুনা শেম্নগা চপ চানা কায়বা ফংগনি। অমুক চাবদা চহিগী মতুংইন্না গুলী ২/৪ ফাওবা চাগদবনি। অরিবা অনাবশিংদদি (chronic desease) অনাবগী চাং য়েংলগা চয়োল অমদা অমুক নক্রগা মসিদগী

হেন্না চাবা য়াই। থাম্না হেন্না অফিবা মজমশিংদি লোংবা অহুমলক (অচুক, ঙুবিল অমস্তুং ঙুমিদাহাইদা) চাং নাইনা চাগনি। অদোম্বা অমারশিং হায়রদি মতম মতমগী লাইচং মরমগী পুকচংবা (cholera), পুকশিনবা (colic pain), লোকলাইহৌ (enfluenza) বসিংবা অনাবশিংদদি পুখাই খুদিংগী মত্রগা মসিদগী হেন্না তোৎনা চাবা য়াই। চপ চাবা হিদাক চাবগী চাং অমস্তুং মতম লেপ্পা অরাইনা নত্তে। অশেংবদি অনাবচু য়েংকপা লেপকদবনি। অহুম ওইনমক লাইয়িকসিবু পাবিন্নিবশিংনা খরদা ওইরবস্থ থৗরবা য়ানবা মথাদা শমলপ্না নৈনজরি।



## থাউ নত্রগা থৗদা শেম্বা

ঊশিং নত্রগা চিনিদা মচুগী শুগ-শেম্বনা থক্লবা, চাম্লবা নত্রগা চানবা ওইনা শিজিন্ননবনি। করিগুম্বদা তৈননবগীদমক্তি থাউ নত্রগা থৗদা শেমগদবনি। থাউদা শেম্বা তাবদি থ। ২ দগী তাদনা মুংশাদা থমগদবনি, হেনবগীদি অকায়বা করিস্তু লৈতে, হেন্নাহুম কান্নবা লংগনি। হক্লামথাউ অশেংবা নত্রগা বাদাম থাউদা শেমগদবনি। থৗদা শেম্বা তাবদি য়ামলবদা হুমিং ৪৫ নিবোম মুংশাদা থমহুনা শেম্বা দরকার ওই। কুইনা থম্লিমখৈ হেন্না কান্নবা লংগনি।

শেমলিন্নৈ নত্রগা শেমথুনা থমবগী থুংথমদি ঈশিংদা শেম্বদা তৌখিবগুম খ্যাবশৈ চেকশিন্না থমলগা কান্নবা কেনগনি।

---

# শিজিন্নবগী চাং লেপ্পা

হিদাকশিং অসি শিজিন্নবগী চাংদি আতোপ্পা লাঈয়েংশিং হায়বদি এলোপেথী, হোমিওপেথী, আয়ুর্বেদ অমসুং হকীম-নচিংবগী হিদাক চাবদা অককুবা চাং অমদা চাবগুম মচুগী লাঈয়েংগী হিদাকশিং অসি অরেপ্পা, অককুবা চাং অমগী মতুং ইন্না চাগদবনি। হু চেন্দবা, শেল য়ান্না চংদবা হিদাকনি হায়রুনা চাং কায়না চানিংবা নত্রগা থক্লিংবা মওংদা নত্রগা চাংদা অপাম অপাম্বগী মতুংইন্না পওশিদা শিজিন্নবা তাবরদি কান্নবা রাংকনি। হিদাকশিং অসি শিজিন্নবগী চাংদি মথাগী অস্থুন্না লেপকনি।

১। পোকপদগী থা অহুম কাওবগী অঙাংদা চা চামচ অমগী তংথাই অমরোম।

২। থা অহুমদগী থা ১২ কাওবগী অঙাংশিংদা চা চামচ ১/১।

৩। চহি ১দগী চহি ৫ কাওবগী অঙাংশিংদা চা চামচ ২/২।

৪। চহি ৬ তগী চহি ১০ কাওবগী অঙাংশিংদা চা চামচ ৪/৪।

৫। চহি ১১ দগী চহি ১৫ কাওবগী অঙাংশিংদা চা চামচ ৮/৮ নত্রগা আউন্স তংথাই অমরোম।

৬। চহি ১৫ গী মথক মথৈ আউকা ১/১।

হিদাকশিং অসি শিজিন্নবগী হায়বগী চাংদি চহিগী মতুংইন্না লেপ্লে অহূগা নোংমদা কয়ারক চাগদগে নত্রগা থকদগে হায়বগী চাংদি অনাবগী ফিবমগী মতুংইন্না লেপকদবনি।

মথক্তদু পনপ্লে, আনৌবা অনাবশিংদদি পুংথাই খুদিংগী কায় কায়না শিজবা য়াই। মতম কুইনা চেন্নহনা লৈরকপা চহি ৪/৫ গী মথক্তগী হেন্না লোইনরক্লবা অনাবশিংদদি নোংমদা ৩ লক শিজগদবনি। অরিবা অনাবা অহূনা উভার লাক্কুনা অনৌবা অনাবা (Acute desease) ওলক্লবা মতমদদি অনৌবা অনাবা অমগী চাংদা য়াম্না তোয়না শিজবা নত্রগা শিংকপা য়ারে।

খগুজিনগদবা— অরিবা অনাবশিং হায়বদি মতম কুইনা লোইনরক্লবা কুম লাইনা হায়না খগুনবা অনাবশিং অসি লাইয়েংবা মতমদা এলোপেথী হৌজিক হৌজিকমক ময়াম্না ডাক্তর হায়রগা খগুনরিবা লাইয়েং মথল অসিনা য়েংবা মতমদদি হিদাক অহূগী শক্তিনা অনাবা অহূ নমথখিবা নত্রগা কোকহনখিবা ওমই। হিদাক অহূগী মগুণ হনগুবা মতুংদা অনাবা অহূ অমুক কল্লকপগী রাদি হায়বা ওমদে। এলোপেথী নগুবা আয়ুর্বেদ ১স্নুং নেচর কিওর (মহৌশাগী লাইয়েং) হায়রিবা লাইয়েং পথাপশিং অসিনা য়েংবা মতমদদি অরিবা অনাবা খুদিং করমদাইদা অনাবা অহূ হৌদোরকই। হৌদোক্লকপগী মওংদি হায়া লৈরম্লিবা অনাবা অহূ হেনজিল্লকপা নত্রগা লাইহৌ য়াওরমদবদগী লাইহৌ

য়াওশিল্লকপা ভোগনি। থুদম ওইনা হায়রবদা টিঃ বিঃ গী অনাবা অমা য়েংবা মতমদা অনাবা অহূ মতম থরগী [illegible] মহৌশানগী য়েন্না লোক থুজিল্লকপা নত্রগা ঊ ওরকপা নত্রগা লোত্তা ঊ য়াওরকপা য়াই। মতৌ অম্মুন্না অরিবা অনাবনা হৌবোকলকপা অসিবু 'উভার' হায়না কৌই। উভার লাকপা মতমদা থুদোংথিবা থোকন্দে অহূম ওইনমক থর্‌বা হেন্না চেক-শিনবদি ফৈ।

---

# অনাবগী মতুংইন্না মচু লেপ্পা

আয়ুর্বেদ শাস্ত্রগী মতু ইন্না মীওইবগী হকচাংগা মৈ,ঈশিং অমস্তুং নুংশিং অহূম অসিনা চাং চপ মান্নবা লৈফম থোকপদগী নিয়ম কায়হনা অরাং অহেন নাইরকপা মতমদা অনাবা পোকই হায়না লৌই। লাইনাগী মতুংইন্না অহূম অহূগী মন্নুংদা করম্বদা কায়রিবনো হায়বহূ য়েংলগা চা-নগদবা হিদাক থাহনা লাইয়েংবনি। বাইওকেমিক (Biochemic) হায়বা লাইয়েং পথাপ অহূগী মতুংইন্না মীওইবগী হকচাংগী টিশুশিং (tissue) শেমগৎপদা থুম মথল ১২ চংই। হায়রিবা থুম মথল ১২ অহূনা লৈফম থোকপা চাংন্থ কায়রকপা মতমদা অনাবা পোকহনবনি হায়না লৌই। লাইনাগী মতুংইন্না বাং-লিবহূ করম্বা মথলগী থুমনো হায়বহূ য়েংলগা লাইনাহূগা

মান্নবা ঋেরহনা হিদাক থানে অমম্নুং লাইয়েন্নে। মহৌশাগী ল্যাঙ্কুক্রেদা লাঙ্গনাম্নু অমত্তনি, লাইয়েংন্নু অমত্তুনি (এক হী রোগ এক হী ইলাজ) হায়বা খোয়ারী অসিগী মথাদা লাইয়েংনে। অমত্তং ওাইরুবা কৌরককম অহুদি চাবা থরূপা নিয়ম কায়বগী হকচাংদা কায়ত্রবা মচাকশিং (foreign matter) লৈরকই। মতম অহুদা অনাবা পোক্লকই। লাঙ্গনা খুদিংগী হৌরকহুম মথকী মরম অসিদগী ওইরকপা ওাক্তনি। লাঙ্গওংদা থজিক থরাক থেম্রবগী মতুংইমা মমিং তোঙান তোঙাম্না থোনজিনবদনি। হকচাংদা লৈরিবা লৈকম থোকতবা কত্তবা মচাকশিং অহু লৈ-হল্লগা অনাবম্নু থোকচগদবনি। চিঙাক্তা শেমগোকপগা লোয়নরা প্রকৃতিগী খুদোলশিং হায়বদি ঈশিং, নুশিং, নুংশা অমম্নুং লৈবাক্লুচিংবা অসিগী মত্তেংনা হকচাংদা লৈরিবা থুনাম্বশিং অহু তাম্থোক্লবা হোৎনৈ অমম্নুং তাম্থোকই। মতম অহুদা অনাবা কোকপা হায়বহু ওই। মতৌ অম্নুমা মচুগী লাঙ্গয়েংদম্নু মীওইবগী হকচাংদা মচু তরেংমক দরকার ওই। লৈকম থোকপা মচুশিং অসিগী চাং কায়ইরকপা মতমদা হকচাংদা অনাবা পোক-হল্লকই। নাম্বিরা লাঙ্গনা অতুগী মতুংইমা করম্বা মচু দরকার ওইরিবগে হায়বহু লেপই। দরকার ওইরিবা মচু অহুগী হিদাকশিং শিজরগা নত্রগা পিথক্লগা লাঙ্গয়েংনৈ। মরম অসিনা করম্বা মচু বাংলগা নত্রগা হেল্লগা হকচাংদা করি লাঙ্গনা পোকহনবগে হায়বহুগী মুখ্যমদা চাউরাকপা থরা নৈনহুনা য়েংলসি—

(ক) লাঙ্গকৌ তোয়না হৌগনবা, লোক চৈয়হুনা লৈগনবা খোঙ চিংকেং ২ তোয়না হামগনবা, পুক য়েকপা, খিনবা

মত্রগা তোয়না হুংশিং কাগনবা অসিনচিংবা লাইনাশিং অসি তৌরবদি মীহু শংবাম্বা মচুগী শরুক বাংপা নত্রগা অঙাংবা মচুগী শরুক্তা হেন্দুনা অকাম্বা লৈরে হায়বা তাকপনি ।

(খ) ঙ্গশিং পুক্চং তৌরবা, নুং লৈবা, ঙিং তোক্না নাবা শরু থাম্বা কেনবা, অশীনবা তোয়না কাবা, তাং তাংদা চিকশনচিংবা লাইনাশিং অসি লৈরবদি মীহু খ্রিশোক মচু বাংপা নত্রগা অঙাঙবা মচু হেনকনি হায়না খঙগনরনি ।

(গ) অমাংবা লীকপা, পুক তোক্না থিনবা, পুক্তা তীন লৈগনবা, য়াৰী নত্রগা য়াদা তোয়না নাবা, হকচাং নোয়খংপা (পোমখংপা), হকচাং চীক-খোংপা নত্রগা নাবা অসিনচিংবা লাইনাশিং অসি লৈরবদি মীহু নাপু মচু রাংপা নত্রগা অতিবা মচুনা হেনবনি হায়বা খঙনগনি ।

(ঘ) হকচবা, ফুরি থুংবা, পাংপা পোম্বনচিংবা উনশাগী লাইনা নাগনবা মীদি অশংবা মচুগী শরুক বাংপা নত্রগা অঙাঙবা মচুগী গুণনা হেনবনি হায়না খঙগনি ।

(ঙ) মচু ৭ মক চাং মায়না বাংমিয়রবদি পাঙল ময়েং তাবা শোম্বংবা, চোকথবা অসিনচিংবা লাইনা কয়ামুক পোকহনি ।

(চ) শংবাম্বা (নীলা) মচুগী গুণনা হেনগা লোক তোয়না থুংগনবনচিংবা লোক মরীগী লাইনা লৈগনি ।

(ছ) নাপু মচুগী গুণনা হেনগা মীহু মমা-মউদা মকুওইনা তাং-তাংনচিংবা মফমদা নাগনি — অসিনচিংবা ।

———— — —

# অহেনবা মচুগী গুণ মাঙহনবা

হকচাংদা করিগুম্বা মচু অমগী গুণ মাংলে হায়রুনা মাং-লিবা মচুগী গুণ অদু হেক্তা চাশিল্লোইদবনি। মচু অমগী গুণ মাংলদদি অতোপ্পা মচু অমনা হেনগল্লি। করিগুম্বা হেল্লরবদি হেল্লিবা মচুদুগী গুণদু হায়না মাঙহল্লবা মতুংদা অমাংপা মচুগী গুণদু হেনগৎনবা হোৎনগদবনি। অদু নত্রবদি কায়রবা মাংকনি। মচু অমগী গুণ মাংলগা অতৈদুনা চাং মায়না লৈরমলবদি মাংলিবা গুণদু হেনগৎনবা হোৎলবদা করিদু থকায়রবা লৈত্রে। হৌজিক মচু অমগী গুণনা হেল্লবদি মতৌ করম্না মাঙহনগদগে হায়বদু য়েংলসি—

১। শংবায়বা মচুগী গুণনা হেল্লবদি অঙাংবা মচুগী গুণ হাপ-চিল্লগা কোকনি।

২। অঙাংবা মচুগী গুণনা হেল্লবদি অশংবা মচুগী গুণ হাপচিল্লগা কোকনি।

৩। হিগোক অমম্বুং শংবায়বা মচুগী গুণনা হেল্লবদি নাপু মচুগী গুণ হাপচিল্লগা কোকনি।

৪। কমলা মচু, নাপু মচুগী গুণ মাংলগা শাংবায়বা মচুগী গুণ হাপচিল্লগা কোকনি।

# মচুশিংগী গুণ

মথক্তস্থ পনগ্রে, মচু ও অসি য়েংবদা ফজবতা নত্তে। মখোয়গী মগুণ তোঙান তোঙায়া লৈজ্ঞে। মগুণ খেয়বগী হতুংইয়া মচুশিং অসিনা তৌবা গুস্বগী শক্তিস্থ খেয়ে। শক্তি খেয়বগী মতুংইয়া মখোয় মখোয়না ঙাকথোকপা অমস্থুং কোকহনবা গুস্বা লাঙ্গৈনা কয়ামুক লৈ। করম্বা মচুনা করি কারি লাঙ্গৈনা ঙাক-থোকপা অমস্থুং কোকহনবা গুস্বগে হায়বহু মখাদা য়ায়া কুপ্পা মচা তানা নৈনজগনি।

জ্যোতিষ শাস্ত্রদস্থ মচুশিং অসিগী মতেং য়ায়া লৌই। হকথেংননা মচুশিং অসিগী মরমদা নৈনক্রস্রবস্থ নাকোইননা মচুশিং অসিগী মরমদা নৈনহুনা দশা য়েংবদা ভত্তনা শিজিয়ে। খুদম ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা মীশক অমগী দশা য়েংবা মতমদা ইহান হানবদা মীহুগী চহি পুথোকই, চহি খঙলবদগীদি মীহুগী ফমদা. মৃত্যু, কালমৃত্যু য়েক্লবা, ত্রিপাপ অমস্থুং যুগনচিংবা মথং মথং পুথোকই। হায়রিবশিং অসি পুথোকপা লোইপ্রবা মতুংদা অষ্টোতরী অমস্থুং বিংশোত্তরী দশা খোস্তুনা মীহুগী দশা পুথোকই। হায়রিবা দশা পুথোকপসি গ্রহ মাপল (৯) অহুগী মতুংদা করম্বা গ্রহগী দশানো হায়বহু পুথোকপনি।

রবিগী দশা চহি ৬, চন্দ্রগী দশা চহি ১৫, মঙ্গলগী দশা চহি ৮, বুধগী দশা চহি ১৭, শনিগী দশা চহি ১০, বৃহ-

স্পতিগী দশা চহি ১৯, রাহুগী দশা ১২, শুক্রগী দশা চহি ২১ হায়রিবা দশাশিং অসিগী মন্থুংদা মী খুদিংগী দশা লৈবা ঙাক্তনি। গ্রহশিং অসিগী ভোঙান ভোঙানবা মচু লৈজে। মাদুদি চন্দ্রগী মচু চান্দীগুম্বা ঙৌবা, মঙ্গলগী মচু অঙাঙবা, বুধগী মচু নাপু, বৃহস্পতিগী কমলা মচু, শুক্রগী মচু শংবান্নবা (অতিয়া মচু], শনিগী মঙ্গা মচু, রাহুগী মচু অমুবা অমম্থুং কেতুগী মচু হিগোক অসিনচিংবা। মসিদগী খঙবা ঙমলে মদুদি গ্রহগী ফল হায়বগা মচুগী ফল হায়বগা অনিহু চপ মান্নগনি। খুদম ওইনা হায়বদা কনাগুম্বা মী অমগী দশা মঙ্গলগী দশা মন্থুংদা লৈরে। অদু ওইরবদি মঙ্গলগী মচু অঙাঙবনি। মঙ্গলগী দশা চহি ৮ অদুগী মন্থুংদা লৈরবনিনা হায়রিবা মতমসিদা মীদু অঙাঙবা মচুগা মরী লৈনবা ফল কংগনি হায়বদি অঙাঙবা মচু হেনবা নত্রগা বাংপগী ফলদু মীদুদা শোয়দনা লৈকম থোকই। হায়রিবসি ঐঙোন্দা (অইবদা) দশা য়েংলগা মীওই-শিংদা পান্দুনা ফল হায়বদা অচুম্বা ঙাক্না ওইখি।

কনাগুম্বা জ্যোতিষ খরনা মপোক থাগী মতুংইন্না মী মীদুগী চানগদবা মচু মথাগীম্নুম্না পীনৈ— শজিবু থাদা পোকপা মীনা অঙাঙবা নত্রগা অঙৌবা, কালেন্দা পোকপনা অঙৌবা নত্রগা শংবান্নবা, ইঙাদা পোকপনা অশংবা, ইঙেন্দা পোকপনা কমলা মচু, থবান্দা পোকপনা নাপু চুম, লাংবন্দা পোকপনা অঙৌবা নত্রগা নাপু মচু, মেরাদা পোকপনা শংবান্নবা, হিয়াঙ্গৈদা পোকপনা অঙাঙবা, পোইন্দুদা পোকপনা অঙৌবা নত্রগা কমলা

মচু, রাকচিংদা পোকপনা অমুবা, ফাইরেন্দা পোকপনা কমলা মচু, লমতাদা পোকপনা অঙৌবা অসিনচিংবা। চানবা মচুশিং অসি চাং নাইনা শিজিন্নবা ঙমলবদি মীহু অরা-অনাদগী ঙাক-থোকপা অমম্থুং কনবা ঙমই।

মচুগী মতেংনা জাতিগী অনিংবা, অপাম্বশিংস্থু কোংদোক্লে হৌজিক হৌজিকমক পৃথিবীদা লৈরিবা দেশ খুদিংমক্কী ফিরাল ১/১ লৈ। ফিরাল অহুদা য়াওরিবা মচুশিং অহু য়েংলগা লৈবাক অহুগী রাখল অমম্থুং অপাম্বনচিংবা ঙমবা ঙমলৈ। খুদম ওইনা হায়বদা ঐখোয় ভারতকী মচু অহুম্না শাবা ফিরাল অমা লৈজৈ। মচু অহুম অহুদি (১) লৈঙাঙ মচু (২) অঙৌবা অমম্থুং (৩) অশংবা অসিনি। লৈঙাং মচু অসিনা ভারতবাসি পুন্নমক থৌনা কৈ, ওইজবা থাদোকই, পীনহৈ, দান ভোগলি হায়বা খঙহল্লি। অঙৌবা মচুনা অহিংসা পামই, অমনা অমগী য়াইফনবা খল্লি, পৃথিবী অসিদা শান্তি পুন্নক্লবা অপাম্বা লৈ হায়বহু কোংদোকই। অশংবা মচুনা ঈশ্বরবু থাজৈ, অচুম্বা ধর্ম্ম চংলি অমম্থুং পামই হায়বা কোংদোকই।

মতৌ অম্নুম্না মচুশিং অসিনা হীরম কয়ামুক্তা কাম্নহল্লি। শম্না হায়বদা মচুশিং অসিগী গুণ পঙলবা করিম্থু খঙজ্রিবা ঐনা শীংথাক্লহুনা লোইবা নাইগদবা নত্তে। মীপুম খুদিংনা খঙনরবা খরহু লিংশিংজবদনি।



# অঙাঙবা মচুগী গুণ

গুণ - মরুওইনা হকচাং শাহনবনি। হকচাংগী মকম খুদিং শীনবা থুংনা শন্দোক্নুনা চেল্লিবা শীংলৌশিংবু মথৌ নিংথিনা তৌহনবা ঙমই।

লক্ষন—হকচাংদা অঙাঙবা মচুগী গুণনা হেল্লবদি মীহুগী অমাংবা (থী), হক্তী ঈশিং (য়ুং), মিং অমসুং হকচাংদা নাপু মচু ওলহল্লি। পাঙল শোত্থহল্লি। মতম অয়াম্বদা অঙৈবা পোক্ত হৈনগল্লি। পঙথবা, ভুম্বা য়াদবা, খোঙ চিকেৎ চিকেৎ হাম্বা, লাইথৌ হৌগনবা। চীন মনম নমথিবা, অসিনচিংবা লাঙৈনা, কয়ামুক থোকহল্লি। নুপাগী গোনোরিয়া, নুপীগী ল্যুকোরিয়া নচিংবা লাঙৈনাদা তেংবাংই পাংপা পোঙনচিংবা উনশাগী লাঙৈনা পোকহল্লি।

অঙাঙবা মচুগী গুণ রাংলগা হকচাং নিকহল্লী। য়াম্না ইংথমগল্লি, মৈ শোল্লি, থবাক্তী লাঙৈনা লৈগল্লি।

লাঙৈনা অমসুং লাঙৈয়েং

(১) নপুংশকা (Impoteney) লিঙ্গদা অঙাঙবা মচুগী থাউ তৈবা অমসুং অঙাঙবা মঙালনা য়ৈহনবা কৈ। লোয়ননা ওইথংবা নাকোংদা অঙাঙবা থাউ ড্রোপ ৩/৩ লোম তাহনবা (হাপ্পা) হেম্না কান্নবা ফংগনি।

(২) অণ্ডকোষতা (ঙুরুমদা) পোম্বদা অহানবদা পুং অমা অঙাওবা মঙালনা য়ৈবনগা মচুদা পুং ২ রোমি শংখোয়বা মচুগী মঙালনা অমুক য়ৈহনবা কৈ। নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪ থকপা কৈ।

(৩) খোঙ হাম্বদগী (cholera) খোঙ খুং ঈংলক্লবা মতমদা অঙাওবা মচুগী থাউ কঁক্রগা মচু অসিংগী ঈশিংনা তৈহনু। মাংমা তোয়না নোইবা (মালিশ তৌবা) কাম্নবা ফংগনি, খুঁনা শাগং-হনগনি। লোয়ননা অঙাওবা মচুগী ঈশিংহু ডজ ১/১ মরক মরক্তা থকপা কৈ।

(৪) হকচাংদা মক্কওইনা খাং তাংদা অমম্মুং খ্বাংদা চিকপা নাবদা অঙাওবা মচুগী থাউ তৈহনা মালিশ তৌবা কৈ। অঙাওবা মচুগী মঙালনা য়ৈহনবা হেন্না কৈ।

(৫) শরূদা চিকপদা (শাইটিকা) অঙাওবা মচুগী ঈশিং শরূক ১, নাপু মচুগী ঈশিং-শরূক ২, মঙ্গ্রা মচুগী ঈশিং শরূক ১, য়াম্নরগা নোংমদা ৪/৪ য়ক থকপা কৈ। নারিবা মকম অতুদা অঙাওবা মচুগী ঈশিং অশাবা অমম্মুং অঈংবনা ওন ওন্দুনা হিগা য়ৈবা (alternate compress) কৈ। অশাবনা মিনিট ৫ অঈংবনা মিনিট ৩ ওন ওন্দুনা ৩/৩ লক য়ৈগদবনি। লোইরবা মতুংদা অঙাওবা. মচুগী থাউ তৈবা হেন্না কাম্নবা ফংগনি।

(৬) হকচাং শিথবা (paralysis— লাকপা) দা মথকী নম্বর ৫ গী ঈশিং চাং অসিমক্তা থকপা লোয়ননা অঙাওবা মচুগী মঙাল-না নোংমদা পুং ২/২ য়ৈহনবা কৈ। অঙাওবা মচুগী থাউ চাং

নাইনা তৈরগনু য়াম্না কান্নবা ফংগনি। তৈনবা খাউ অহু শেম্বা মতমদা চনম অমম্তুং করপুর হাপলগা হেন্না অমুক কৈ।

(৭) থগেবা (Hiccup হিচকী) দা অঙাঙবা মচুগী ঈশিং শরুক ১, হিগোক মচুগী ঈশিং শরুক ৩ য়ামহুনা থক্লগা কৈ।

(৮) পাংপা পোম্বনচিংবা উনশাগী লাঈনাদা অহানবা ওখাই অমা অঙাঙবা মঙালনা য়ৈহন্নবা মতুংদা পুং অমা অশংবা মঙালনা য়ৈহনবদা য়াম্না কুইনা লাইজোহুনা লৈকরবা কাওবা ফহনবা ঙমই। চাম্ব-খোংপদি অশংবা মচুগী ঈশিংনা তৌ-গদবনি।

হকচাংদা মৈশাগী চাং ব্রাংপা মশা ঈংহুনতা লৈগনবা মীওইশিংনা অঙাঙবা মচুগী ঈশিং পুং ৩/৩ খুদিংগী পিথকপা ফগনি। মী অহু খোঙ হাম্বা লিকপা ( constipation ) ওইরবদি কমলা মচুগী ঈশিংনা চয়োল অমগী মতুংদা নোংমতা ওইরবনু এনেমা তৌথোকপা কান্নবা ফংগনি।

---

## নাপু মচুগী গুণ

গুণ—নাপু মচু মুংঙাইহনবা, পেন্থোকহনবা ঙম্বা অমম্তুং হকচাং ফহনবা ঙম্বা মচুনি। মচু অসিনা খোপ (brain), ফিরাক (liver), থবোঙী (lungs) বু মপাঙ্গল কনখংহল্লি ১মুং

মথৌ নিংথিনা তৌহল্লি। কাউহনবা, কম্বী ময়েংতাবা, হকচাংগী শরূক থরা শিথবা (paralysis) কোকহনবা ঙমই। লাই থোক-পদগীম্নু মচুসিনা ঙাকথোকপা ঙমই। অমাংবা অমম্নুং হকী ঈশিং মরাং কাইনা চংথোকহল্লি।

লক্ষন— হকচাংদা নাপু মচুনা হেল্লবদি পাঙ্গল ময়েং তাবা, ভুম্বা য়াদবা, পঙথবা, কাউগনবা, নিকপা, ঈশিং মরী বেরা তৌগনবা, ফিরাক মথৌ তৌহন্দবা, লাঈহৌ তোয়না হৌগনবা ঈশিং পুকচং, মিংকী লাঈনা, কুচু শেংদবা অসিনচিংবা লাঈনা কয়ামুক পোকহল্লি।

লিঙ্গ নত্রগা য়োনীগী লাঈনা, পুক্তা ভীল লৈগনবা, থবোম্বী শোকপা, পাঙ্গল ময়েং তাবনচিংবা অসিনা হকচাংদা নাপু মচুগী গুণ ৱাংলগা নাগনবা লাঈনাশিংনি।

## লাঈনা অমম্নুং লাঈয়েং

(১) হকচাংগী মুংশিং ফত্তবদগী হৌবা লাঈহৌদা নাপু মচুগী ঈশিংনা শরূক অহুম ম্ঙ্গ্র্। মচুগী ঈশিং শরূক অমা তিম্নহুনা নোংমদা ৩/৩ লক পিথকপা কৈ।

(২) নাপু মচুগী ঈশিং, মঙ্গ্র্। মচুগী ঈশিং মাম্না য়াম্নহুনা থক্লগা লাঈহৌ অরিবা কৈ। পুং ৪ খুদিংগী থক্কদবনি। মথল খুদিংগী লাঈহৌদা কাম্নবা ফংগনি।

(৩) নাপু মচুগী ঈশিং শরূক ৩, অশ.বা মচুগী ঈশিং শরূক অমা য়াম্নহুনা থক্লগা মথল খুদিংগী পুক্তা ভীল লৈবা

কৈ। (তিন্থ্রাক মানবা তীল— round worm, লংতং মানবা তীল - thread worm, টেপ মানবা তীল - tape worm অহুম্মক)

(৪) থম্মোইগী লাইনা লৈবদগী থবাক্তী মিহুন্দা অকায়বা লৈবা, মরুওইনা চাং নাইদবনচিংবদা নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা পুং ৪/৪ কাম্নরগা থকপা কৈ।

(৫) থোক্ত থুং নাবদা নাপু মচুগী ঈশিং অমম্থুং মঙ্গা। মচুগী ঈশিং য়াম্থা মাম্নবা য়াল্লগা পুং ৬ (তরুক) খুদিংগী পিথকপা কৈ। অঙাঙবা মচুগী থাউ অনাবা মকমদা ভৈরগা হেম্না অমুক কাম্নবা ফংগনি।

(৬) নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৩/৩ লক পিথকপা হকচাং চাউথংপা (নোম্নথংপা-মোটাপী) কৈ।

(৭) বীর্য্যগী মরীদা অকায়বা লৈবা মরুওইনা বীর্য্যগী মচু ওনবা, মনম নমথিবা নত্রগা ঈশিং থোক্ত মম্থুংদা য়াম্না হকচবা অসিনচিংবদা নাপু মচুগী ঈশিং, অশংবা মচুগী ঈশিং য়াম্ব। মাম্না য়াল্লগা পুং ২ খুদিংগী চাং নাইনা থকপা কৈ। ঙম্নবদি নাপু মচুগী ঈশিং শরুক ১ শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং শরুক ৩ তিম্নরগা মথক্তী মঙংসিগা চয়োল ১/১ ওন ওন্দুনা থকলগা হেম্না কাম্নবা ফংগনি। মরুক মরক্তা নাপু মচুগী ঈশিংনা এনেমা ভোথোকপা কাম্নবা ফংগনি।

(৮) নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৬ রক চাং নাইনা থকপা অণ্ডকোষ চাউথোকপা কৈ। অঙাঙবা মঙাল অমম্থুং শংবাম্নবা মচুগী মঙাল ওন ওন্দুনা য়ৈহল্লগা হেম্না কাম্নবা হেনগনি

(৯) নাপু মচুগী ঈশিং শরুক অম, শংবায়বা মচুগী ঈশিং শরুক ২ তিন্নহনা থরুগা নপুংশক (impotency) কৈ।

(১০) মথক্তী লাইয়েং অসিনা নুং লৈবদন্তু কায়বা ফংগনি। মঙালনা য়েংহনবা অসিনা থাং অমম্তুং পুক্তী মথা থংবা শরুক্তা য়েংহনগদবনি।

(১১) নাপু মচুগী ঈশিং শরুক অমা, মঙ্গ্রা মচু নত্রগা হিগোক মচুগী ঈশিং শরুক ১, অশংবা মচুগী ঈশিং শরুক ২ তিন্নরগা পুং ৪ থুদিংগী থকপা ঈশিং হেন্না চৎপা অমম্তুং ঈশিং পুকচৎপা কৈ।

লোয়ননা জাম মরু তকথাইদুনা গুলী মচা মচা মঙ্গল মরুমুক চাউনা শেমদুনা থম্নগা গুলী ২।২ নোংমদা ৩ লক চাবা নত্রগা মনাগী মহী থরুগা য়াম্না কায়বা ফংগনি। য়েনশাং :— কনাগুম্বনা এঙ্গাং (curry) ওইনা লৈবাক কোনদোন য়াম্না তোয়না থোংদুনা চাবা অমুক হেন্না কায়বা ফংগনি। লাইনা অসি চিনিগী শরুক্তি ওম্বা মথৈ চারোইদবনি। ওম্নবদি চাক্তী মছুম্বা গেহুগী তল ওইনা চাগদবনি।

(১২) নাপু মচুগী ঈশিং অমম্তুং মঙ্গ্রা মচুগী ঈশিং শরুক য়াম্বা মায়না তিন্নদুনা থকপা মুংশং পেরে কৈ। লোয়ননা অমাং-থোঙদা শংবায়বা মচুগী মঙালনা য়েংহনবা হেন্না কায়বা ফংগনি।

(১৩) নাপু মচুগী ঈশিং শরুক ১, শংবায়বা মচুগী ঈশিং শরুক অহুম তিন্নরগা নোংমদা ৪/৪ রক থকপা (কুহু) নাপু ওনবা (Jaundise-পীলিয়া) কৈ। মঙ্গ্রা মচুগী থাউ তৈদুনা মালিশ তৌরগা হেন্না কায়বা ফংগনি।

(১৪) নাপু মচুগী ঈশিং, অশংবা মচুগী ঈশিং য়াম্বা মায়মা য়াম্লগা থকপা মৈনা পোকপা মকম লাইজৌবা কৈ। অশোকপা মকম অদুদা নাপু মচুগী মঙালনা য়েংহল্লগা হেন্না কান্নবা কংগনি।

(১৫) নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪ রক থক্লগা ব্রোংকাইটিশ (লোক মথল অমা) কৈ।

(১৬) খোঙ থুং মরুওইনা ভাং ভাংদা চিকপদা নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪ রক থকপা কৈ। অনাবা মকম অদুদা নাপু মচুগী মঙালনা য়েংহনবা অমস্তুং নাপু মচুগী ঈশিংদা লুপথোক্লবা অমোনবা কি নত্রগা লশিংনা থোম্বা কান্নবা কংগনি।

(১৭) নাপু মচুগী ঈশিং শরুক ২, অঙাঙবা মচুগী ঈশিং শরুক অমা, হিগোক মচুগী ঈশিং শরুক অমা শিন্নরগা থকপা (নোংমদা ৪ রক) শরুদা চিকপা কৈ। অনাবা হৌরকপদা ওইরবদি নাপু মচুগী ঈশিং ঙাক্তা থক্লবস্থু কৈ। অনাবা মকমদা অঙাঙবা মচুগী থাউ তৈগদবনি।

(১৮) মথক্কী লাইয়েং অসিনা (নম্বর ১৭) হকচাং শিথবা (paralysis পক্ষাঘাত) তৈরগম্মু কৈ। অঙাঙবা মচুগী থাউ তৈবদা নত্তনা অঙাঙবা মচুগী মঙালনা য়ামত্রবদা হুমিৎ থুদিংগী পুং ১/১ য়েংহনবদা য়াম্না কান্নবা কংগনি।

(১৯) নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪রক পিথকপা, নাপু মচুগী মঙাল পুং অমমম য়েংহনবা (অনাবা মকমদা) ফিরাক চাউ-থোকপা (liver enlargement) কৈ। ঈশিং অশাবনা মিঃ ৫

অঙৈংবনা মিঃ ৩ ওন ওন্দুনা ৩/৩ লক হিগা য়েংগদবনি।

খঙ্গহনজবা অমা :— কনাগুম্বনা মরুওইনা মৈতৈ মাইবশিংনা ক্রিয়াক তাবা, পৈ তাবা হায়নৈ। থাঙ্গ শেংবদি তাবা নত্তে চাউথোকপনি। মরম অসিনা 'কিরাক চাউথোকপা' 'পৈ চাউ-থোকপা' হায়না হায়বিগদবনি।

(২০) নুং লৈবদা নাপু মচুগী ঈশিং পুং ৩ খুদিংগী থকপা অমম্তুং নাপু মচুগী মঙাললা খ্বাংদা য়েংহনবা কৈ। ঈশিং অশাবা অমম্তুং অঙৈংবদা ওন ওন্দুনা চনিঙ তিঙবা ঙমলবদি হেন্না কান্নবা ফংগনি। নুং অহু মচেৎ মচেৎ ঈশিং চৎপদা পুথোকহল্লকনি। অশাবদা মি. ১৫/১৫, অঙৈংবদা মিঃ ১০/১০ রোম তিঙবা য়াই। অহুবু কুইনা নাহুনা লৈরুরবা, মশা শোম্বুরবা অনাবা ওইরবদি মহোশাগী লাঙৈয়েংগী ডাক্তর অমগা তানরগা মহোশাগী ল্যাঙৈয়েং চৎথবা কৈ।

(২১) নাপু মচুগী ঈশিং শরুক অনি, শংবান্নবা মচুগী ঈশিং শরুক অমা, তিন্নরগা থকপা খ্বাং নাবা কৈ। অঙাঙবা মচুগী থাউ তৈবা অমম্তুং নাপু মচুগী মঙাল য়েংহননা (নঙ্গল অমম্তুং খ্বাংদা) দরকার ওই। লাঙৈয়েং অসিনা মৈ শোনবগী লাঙৈনম্মু কোকহনবা ঙমগনি।

(২২) চাবা তুমদবা, পুক মুংশিং কাবদা নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪ রক থক্লগা কৈ। লোক থুংবদম্মু কৈ।

(২৩) নাপু মচুগী ঈশিং শরুক ৩, অশংবা মচুগী ঈশিং শরুক ১ তিন্নহনা থক্লগা পুক্তা তীল লৈবা কৈ। মরক মরক্তা নীম মনা ফুংপগী মহীগা এনেমা তৌথোকদবনি।

(২৪) নাপু মচু, শংবাম্নবা মচু অমস্তুং অশংবা মচুগী ঈশিং অহুম্মক চাং মাম্লনা য়াম্লগা লুম্বু লুম্বু শাহল্লগা নোংমদা ওলক চাং নাইনা থক্লগা য়া নোম্বা, য়াম্নিদগী ঈ থোকপনচিংবা য়াগী লাঙ্গনা করামুক কৈ।

(২৫) নাপু মচুগী ঈশিং শরূক ২, হিগোক মচুগী ঈশিং শরূক ১, অশংবা মচুগী ঈশিং শরূক ১ তিম্নয়গা থকপা (নোংমদা ৩ লক, T. D. S.) অমস্তুং নাপু মচু অমস্তুং অশংবা মচুগী ঈশিং য়াম্নহুনা চামথোকপা লোয়নননা অশংবা মচুগী মঙালনা য়ৈহনবা নাতোলগী লাঙ্গনা থুদিং কৈ।

(২৬) নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪ রক চাং নাইনা পিথকপা অমস্তুং শংবাম্নবা মচুগী থাঙনা মালিশ তৌবা (নোইবা) লোয়নননা মচু অসিগী মঙালনা অনাবা মংকমদা য়ৈহনবা অঙৌবা পকপা কৈ। অঙৌবা পকপদা নত্তনা উনশাগী লাঙ্গনা থুদিংদা থুম থাদোক্লগা থুনা ফগনি।

(২৭) নাপু মচু অমস্তুং মঙ্গ্রা মচুগী ঈশিং য়াম্বা মাম্লনা তিম্নয়গা পুং ২ থুদিংগী থকপা, নাপু মচু অমস্তুং অশংবা মচুগী ঈশিংনা হকচাং থোঙদা কাপশিন্দুনা মন্থুংগী অমোংপা শেংদোক্লগা- য়ুপীগী ফিঙৌ চংপা কৈ।

(২৮) নাপু মচুগী ঈশিং নোংমদা ৬ লক থকপা পুক্তা অঙাঙবা মচুগী মঙালনা য়ৈহনবা খুতু লেপখিবা চংহল্লি অমস্তুং খুতু চংপদা পুক নাবা য়েকপা কহল্লি।

(২৯) নাপু মচুগী ঈশিং অমস্তুং অতিয়া মচুগী ঈশিং য়াম্বা য়ামনা য়ামরগা পিথকপা, খাদা মচু মচুগী মঙালনা য়েংহনবা অঙাং কপকনবা কৈ।

(৩০) নাপু মচুগী ঈশিং শঙ্কক অহুম, মচু মচুগী ঈশিং শঙ্কক অমা য়ামরগা পুং খুদিংগী থকনবা অমস্তুং নাপু মচুগী ঈশিং অমাদ অশংবা মচুগী ঈশিংনা অশাবা, অইংবা ওন ওনহুনা হিগা য়েবা নাওয়েক কৈ।



## শংবামবা (অতিয়া) মচুগী গুণ

গুণ— মচু অসি অঈংবনি। উনশাগী লাইনাশিং মরু ওইনা পাংপা পোম্বা অমস্তুং ফুরী থুংবনচিংবা, কোকহনবা চুমই। শিংলীশিং শক্তি পীহুনা মথৌ নিংথিনা পাঙথোকহল্লি। দাইহৌ হৌবদা শরু-শয়াং নাবা নত্রগা চিকপা মুপীগী ঈ চাথবা মত্রগা হেম্না চংপা, থোঙহাম্বা, য়াম্বা খোয়াংবা অসিনচিংবা লাইনা কয়ামুকপু চাকথোকপা অমস্তুং কোকহনবা চুমই।

লক্ষন— মচু অসিনা হেল্লবদি হকচাংদা ইচোক চোকথবা রাহুনভা লৈবনচিংবা থোকহল্লি।

মচু অসি রাংলবা, ঈংথমজনবা অমস্থুং লাইহৌ হৌগনবা খোঙ চিকেং চিকেং হামগনবা ( diarrhoea ), অসিনচিংবা লাইনাশিং পোকহল্লি।

লাইনা অমস্থুং লাইয়েং

(১) শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং শরুক ১, নাপু মচুগী ঈশিং শরুক ২ তিম্নরগা নোংমদা ৩ লক থকপা লাইরৌ কৈ।

(২) শংবাম্নবা অমস্থুং অশংবা মচু অনিমক য়াম্বা মান্নবা য়াল্লগা নোংমদা অহুমলক থকপা লোক লাইহৌ কৈ। ওম্নবদি মায়দা অশংবা মচুগী মঙালনা য়্রৈহল্লগা হেন্না অমুক ফগনি।

(৩) শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং শরুক ৩, নাপু মচুগী ঈশিং শরুক ১ তিম্নহুনা থক্লগা খোঙ হাম্বা লিকপা কৈ। পুং ৪/৪ খুদিংগী থকদবনি।

(৪) লাই খোকপগী লাইচং লাকপা মতমদা শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং পুং ৩/৩ খুদিংগী থক্লগা ঙাকথোকপা ঙমই।
লাইয়েংসিনা ঈশিং চংপদা খঙহোদনা মতোম্নতা থোকখিবস্থু (য়ুং চংপা) কৈ।

(৫) মচু অসিগী থাউ ঊৈতহুনা মালিশ তৌরগা হেন্না অমুক ফগনি। মঙদা কচ্ছা চংপা লাইনাস্থু কৈ। মুংশং ঈ তাবস্থু কৈ। খোঙ চিকেং চিকেং হাম্বস্থু কৈ।

(৬) শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং শরুক অহুম, নাপু মচুগী ঈশিং শরুক অমা তিম্ননা নোংমদা ৪/৪ রক থকলগা কীর্যাগী লাই-নাশিং কৈ।

(৭) শংবান্নবা মচুগী ঈশিং শরূক অনি, নাপু মচুগী ঈশিং শরূক অমা তিন্নহুনা নোংমদা ৪/৪ রক থক্লগা কম্বী হাংপা ঐক।

(৮) শংবান্নবা মচুগী ঈশিং শরূক অমা, নাপু মচুগী ঈশিং শরূক অনি তিন্নহুনা নোংমদা ৩/৩ লক থক্লগা ঈশিং হেন্না চংপা অমস্তুং ঈশিংদা চিনিগী শরূক্কা হেনবা ঐক।

(৯) শংবান্নবা মচুগী ঈশিং পুং খুদিংগী পিথকপা শারৈ ঐক। শারৈ হৌরিঙৈ নত্রগা পওথরিঙৈ মনুংদা মচু অসিগী ঈশিংনা মশাদা মরিক মরিক খিকপিরগা নাম্থবিবা অমস্তুং মচু অসিগী মঙালনা মশাদা য়েহনবা কান্নগনি।

(১০) শংবান্নবা মচুগী ঈশিং পুং ৪ খুদিংগী থক্লগা, তুম্বা য়াদবা ঐক। ওন্নবদি তুন্নমদাইদা ঈশিং অশাবদা খোঙ খুজেং কাওবা মিঃ ১৫ রোম তীঙবা অমস্তুং ঈশিং অশাবা গ্লাস তম্থাইরোম থকপা য়াম্না হেন্না কান্নবা ফংগনি। তুম্বা য়াদবদা নত্তনা অহিংদা লোক য়াম্না খুবম্থ কগনি। খোঙ ঈশিং অশাবদা তিঙলিঙৈদা কোক্তি অঈংবনা লুপখোক্কদবনি নত্রগা খৌরিদা কি অচোৎপনা য়েংশিন্দুনা থমগদবনি।

(১১) শংবান্নবা মচুগী ঈশিং শরূক অনি, হিগোক মচুগী ঈশিং শরূক অমা অমস্তুং নাপু মচুগী ঈশিং শরূক ১ তিন্নহুনা থক্লগা পুক নাবা ঐক। মসিগা পুক মপুংদা পোম্বদম্থ কান্নবা ফংগনি। পোম্বগী ওইরবদি পুক্তা অশংবা মচুগী ঈশিং লুপ্লবা ফিনা খোমগদবনি। পুংখাই ১/১ নোংমদা অনি, অহুমলক খোমগদবনি।

(১২) মচু অসিগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪ রক থকলগা অশিনবা কাবা কৈ।

(১৩) নাকোং চিকপা নত্রগা লাইখুন্দা শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং কাপশিন্দুনা শেংদোকপা অমম্তুং মচুসিগী মঙালনা নাকোংদা ঙৈহনবা কৈ। লাইয়েং অসিগা চপ মান্ননা নাত্তোন্দা চংশয়রগন্তু নাহী তাবা কৈ।

(১৪) শংবাম্নবা মচুগী ঈশিংনা মিং চামথোকপা, মচুসিগী মঙালনা মিত্তা ঙৈহনবা, মচু অসিগী থাউনা লাইবক্তা তৈত্তুনা মালিশ তৌবা, মচু অসিগী ঈশিংনা ড্রোপ ১/২ মিত্তা নোংমদা অহুমলক হাপ্লা মিং মম্বা, উদবনচিংবা পুম্নমক কৈ।

(১৫) শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪রক থকপা অমম্তুং মচু অসিগী থাউ তৈত্তুনা মালিশ তৌবা হকচবা অমম্তুং ফুরী থুংবা কৈ। লাইয়েং অসিনা মুপীগী ঈ শাৱৈদন্তু কাম্নবা ফংগনি।

(১৬) শংবাম্নবা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৬লক থকপা ওনিংবা অমম্তুং ওবা কৈ।

(১৭) মচু অসিগী ঈশিং নোংমদা ৩লক থকপা, মচুসিগী ঈশিংনা নোংমদা ৩/৪ রক তেংথোক্লগা চীন-লৈ নাবা কৈ।

(১৮) মচু অসিগী ঈশিং চামচ ১/১ গা হৈ মহী চামচ ১/১ গা শাম্নহুনা নোংমদা ৩/৩ লক পিথকপা অঙাং থুং চুশ্না কৈ। অঙাংনা পামগদবা চাও ম্লাগদবা অহাউবা হৈগী মহী ওইগদবনি।

# অশংবা মচুগী গুণ

গুণ— অশংবা মচু অসি অঙৈংবা গুণনি। মচু অসিনা মিংকী শক্তি হাশকংহল্লি, উবগী শক্তি হেনগংহল্লি। মুপাগী য়োনীগী (চাবোকথোঙগী) লাইনাশিং, মুপাগী কছা চংপা, হক্কচবা, ফুরী থুংবা, নাইহী ভাবা, খ্বজু হেন্না চংপা অসিনচিংবা লাঙৈনা কয়ামুক কোকহনবা ঙমই।

হকচাংদা অশংবা মচুনা হেল্লবদি হকচাংগী শরক্তা মচেৎ মচেৎ নাইনা পঙলিনবনচিংবা থোকল্লি।

অশংবা মচুগী গুণ ৱাংলগা পাংপা, পোম্বা, ফুরী থুংবনচিংবা য়াম্না হক্কচবা (ফুরী থুংবা নত্রগা থুংদবা ওইনা) অসিনচিংবা উনশাগী লাঙৈনা কয়ামুক থোকহল্লি।

লাঙৈনা অমসুং লাঙৈয়েং

(১) লাই থোকপদা অশংবা মচুগী থাক্ত তৈরগা লাই থোকপগী দাগ লৈকন্দে।

(২) অশংবা মচুগী ঈশিং নোংমদা মরিরক থকপা শিকিলিশ কৈ। অনাবা মক্কমদা নীম মনা ফুংপগী মহীনা শেংনা চামথোকলগা অশংবা মচুগী থাক্ত কৈবা নত্রগা থোম্বা কৈ।

শিকিলিশ করম্বা মথলগী লাঙৈনানো হায়বদু খঙবিদবা

কাংবুশিংনা লেখকী হায়া কোঙপ্রবা 'অরোনবা লাঈনাগী লাঈয়েং' দা য়ায়া কুপ্না নৈনজখ্রে, য়েংবিয়ু।

(৩) কোক্তা অনাক্তা মচুগী থাউ চাং নাইনা তৈবা মকুওইনা চুংথংবা শরুক্তা থরা কেয়া নোয়বা মগুদা কছা চৎপা কৈ। শংবোমবা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪ য়ক থরুগা য়াপ্পা হেয়া কায়বা কংগনি।

(৪) অশংবা মচুগী মগুালনা খ্বাংদা য়ৈহল্লগা য়ুং চিংপা কৈ।

(৫) অশংবা মচুগী ঈশিং, নাপু মচুগী ঈশিং চাং মায়না য়ায়হুনা নোংমদা ৩/৩ লক থরুগা খোঙ খুং পোমথংপা (dropsy জলোদর) কৈ। পোমথংপা মফমশিংদা নাপু মচুগী মগুালনা য়ৈহল্লগা হেয়া কায়বা কংগনি।

(৬) শারৈ হৌবদা অশংবা মচুগী মগুালনা মসাদা য়ৈহনবা কৈ। অশংবা মচুগী থাউ চাং নাইনা তৈহুনা মালিশ তৌরগা শারৈ হল্লগনি।

(৭) অশংবা মচুগী ঈশিং পুং ৩ খুদিংগী থকপা, মচু অসিগী ঈশিং কোক্তা থোপ্পা কোক চিকপা অমস্তুং নাবা কৈ। শংবোমবা মচুগী মগুালনা য়ৈহল্লগা হেয়া কায়বা কংগনি। ঈশিং লিকপদস্তু কায়গনি।

(৮) অশংবা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪ য়ক থকপা অমস্তুং মচু অসিগী মগুালনা কোক্তা য়ৈহনবা লোকথুংবা অমস্তুং ঈংথম চনবা কৈ।

(৯) অশংবা অমস্তুং ফিগোক মচুগী ঈশিংনা চীন শেংনা শেংনা তেংথোক্লগা চীন লৈ নাবা কৈ। অশংবা, শংবাম্নবা অমস্তুং নাপু মচুগী ঈশিং ম্নাম্না মাম্ননা ম্নাল্লগা নোংমদা.৩ লক থকপা ওম্নবদি হেম্না অমুক কৈ।

(১০) অশংবা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪রক থকপা, মচু অসিগী ঈশিংদা ফি নক্তগা লশিংনা লুপতুনা থোম্বা অমস্তুং মচু অসিগী মঙালনা মায়দা ম্নৈহনবা উম্নোং কৈ।

(১১) অশংবা মচুগী ঈশিংনা থোম্বা (ফি নক্তগা লশিংনা) অমস্তুং মচু অসিগী মঙালনা ম্নৈহনবা মুপীগী থোমদা পোম্বা কৈ।

(১২) অশংবা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৩/৩ লক চাং নাইনা পিথকপা, অমস্তুং নীম মনা ফুংপগী মহীনা এনেমা তৌথোকপা পক্তৌ তীল লৈবা কৈ। মরুওইনা (thread worm)।

---

## কমলা মচুগী গুণ

গুণ— মচু অসি অঙাওবা মচুদগী থরা হম্নবা অশাবা গুণনি। মচু অসিনা ঈ শেংদোকহল্লি অমস্তুং ঈ চেম্নিবা শিংলীশিং মশাক্তল কনথংহল্লি অমস্তুং মথৌ নিংথিনা তৌহল্লি।

মরম অসিনা শিংলী শোনবগী লাইনা অমস্তুং ঈ ফজ্জবদগী থোকপা লাইনাশিংদগী ঙাকথোকপা অমস্তুং কোকহনবা ঙমই।

লাইনা অমস্তুং লাইয়েং

(১) কমলা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪/৪ রক থকপা অমস্তুং মচু অসিমক্কী মঙালনা য়েংনবা অমাংথোঙগী লাইনা করাম্বুক ফৈ। ঈশিং মরীগী লাইনাদস্তু লাইয়েং অসিনা ফগনি। ঈশিং মরীগী অনাবা ওইরবদি খ্বাংদা য়েংহনগদবনি।

(২) কমলা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪ রক থকপা হরা থুংবা (Asthoma) ফৈ। লাইনা অসিগা লোয়ননা ঈংথম চনবা অমস্তুং লাইহৌ কৌবা য়াওরবদি কমলা মচুগী ঈশিং শরূক ৪ শংবায়বা মচুগী ঈশিং শরূক ১ য়ায়রগা চাং অসিদা থক্লগা হেন্না ফগনি। লাইয়েং অসিনা হরাদা নত্তনা লোক অরিবা খুদিং কায়বা ফংগনি।

(৩) কমলা মচুগী ঈশিং অমস্তুং নাপু মচুগী ঈশিং চাং মায়না য়ায়হনা নোংমদা ৪/৪ রক থক্লগা লোকথুংবা ফৈ। মচু অসিগী ঈশিংনা খৌনাও তেংথোক্লগা হেন্না ফগনি।

[৪] কমলা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৪ রক থকপা অমস্তুং চম্প্রানচিংবা হৈগী মহী থরা থরা থক্লগা চাবা তুমদবা ফৈ। লাইয়েং অসিনা পুক থিনবনচিংবা পুক্কী লাইনাশিংদস্তু ফগনি। পুক্কী লাইনা ওইরবদি পুক্তস্তু ঈশিং অশাবা অমস্তুং অঙৈংবনা ওন ওনহনা হিগা য়েংগদবনি। ঈশিং অশাবনা মিঃ ৫/৫,

অঙ্গৈংবনা ম্বিঃ ৩/৩ য়ৈগদবনি। ৩/৩ লক য়ৈগদবনি। য়েং থংবা থবাক্কী শরুক্তা শাগৎপা অমস্তুং নাবনচিংবা কিন্নাক কন্নবগী লাঙ্গৈনাশিংস্থ কৈ।

(৫) কমলা মচু অমস্তুং নাপু মচুগী ঈশিং পুং খুদিংগী থকপা অমস্তুং পুক্কী মথা থংবা শরুক্তা (abdomen) অশাংবা মচুগী থাউ তৈত্থনা মালিশ তৌরগা খোঞ্চহাম্বা লিকপা কৈ।

(৬) কমলা মচুগী ঈশিং নোংমদা অহুমলক থকপা (অয়ুক নুংথিল অমস্তুং নুমিদাংবাইদা] পুক্ত ঈশিং অশাবা অমস্তুং অঙ্গৈংবনা ওন ওন্দুনা হিগা য়ৈরগা ওনিংবা কৈ। চাবা তুমহল্লি।

(৭) কমলা মচুগী ঈশিং নোংমদা ৬ লক থকপা অঙাং পোক্লবা মতুংদা হৌবা লাইহৌ কৈ।

— ———

## মজু্রা মচুগী গুণ

গুণ— মজু্রা মচু অঙ্গৈংবনি। মরম অসিনা ঈশিং হেন্না খৌরাংবা, য়াম্না ইংথমগনবা, লাইহৌ তোয়না হৌগনবা, চিংনগনবা হায়বদি মীনা তৌবদা ইথা থাজদবা নত্রগা মলানা করিগুম্বা অমা তৌবদা মতোমতা চিংনজবা, কৈ। শিংলীশিংগী মখৌম্থ হাপকংলি।

মচু অসি হকচাংদা য়েন্নগা অমাংবা, হকী ঈশিং, লৈ, খুজিল, উনশা অমস্তুং মিংনচিংবা মকমশিং মসাগী মচুদগী য়েম্না ঙৌথোকহন্নি। ভুম্বা য়াদবা, হকচাং চোকথবা, মৈশা কম্থবা, শরু হোনবদা মুংঙাইত্তবা অসিনচিংবা লাঙ্গৈনা কয়ামুক পোকহন্নি।

মচু অসি য়াংলগা শম কেনবা, থাতু লাইত্তাবা, খোঙ চিকেং চিকেং তোয়না হাম্বা, কাউগনবা, শাউগনবা, ভুমনিংঙ্গুনত্তা লৈবা, হকচাং ইশা শাগৎভুনত্তা লৈবা, চাবা তুমগন্দবা, পঙথবনচিংবা লাঙ্গৈনা কয়ামুক থোকহন্নি।

## লাঙ্গৈনা অমস্তুং লাঙ্গৈয়েং

(১) মঙ্গা মচুগী ঈশিং নাপু মচুগী ঈশিং য়াম্বা মায়না য়ান্নগা নোংমদা ৪রক থকপা লাইহৌ খুদিংদা কায়গনি। মুংশং থুংবদন্থ কায়বা ফংগনি;

(২) মচু অসিগী ঈশিং পুং ২/২ খুদিংগী থক্নগা নিয়োনিয়া কৈ।

(৩) মঙ্গা মচুগী ঈশিং অমস্তুং শংবায়বা মচুগী ঈশিং চাং মায়না য়ান্নগা পুং ৩ খুদিংগী থকপা লাইথোকপা. হকচবা কৈ অমস্তুং থুনা কহন্নি।

(৪) কিয়াঙ্কী লাইনয়শিংদা মঙ্গা মচুগী থাউ তৈত্তুনা মালিশ তৌবা কৈ।

(৫) মচু অসিগী ঈশিং নোংমদা ৩/৩ লক চাং ন্যাইনা

শক্লগা খন হোনবা মুংঙাইতবনচিংবা খরগী লাইনা কনামুক কৈ।

(৬) মঙ্ক্র্া মচুগী ঈশিং শরূক অমা, অপংবা মচুগী ঈশিং শরূক অনি, নাপু মচুগী ঈশিং শরূক অমা তিন্নরগা নোংমদা ৪।৪ রক থকপা ঈশিং হেন্না চৎপা কৈ।

(৭) মঙ্ক্র্া মচুগী ঈশিংগী শরূক অমা, শংবায়বা মচুগী ঈশিং শরূক অনি; নাপু মচুগী ঈশিং শরূক অমা তিন্নহুনা নোংমদা ৪/৪ রক থকপা মুংশং পেরে কৈ। শোজ খোঙদা নাপু মচুগী ঈশিংদা লুপ্পবা কি নত্রগা লশিং খোম্বা হেন্না কৈ। খোঙ হাম্বা লিকতনবা হোংনগদবনি, লিক্লবদি শংবান্নবা মচুগী ঈশিংনা এনেমা তৌবা কান্নবা ফংগনি।

(৮) মঙ্ক্র্া মচুগী ঈশিং শরূক ৩, নাপু মচুগী ঈশিং শরূক অমা তিন্নরগা নোংমদা ৪/৪ রক থকপা নাপু কাবা jaundice পীলিয়া) কৈ। মঙ্ক্র্া মচুগী থাউ তৈহুনা মালিশ তৌরগা কান্নবা হেনগনি।

(৯) মঙ্ক্র্া মচুগী ঈশিং নোংমদা ৩ লক থকপা, অমম্তুং মচু অসিগী ঈশিংনা গর গর তৌহুনা খোনাও ঙেংখোকপা লোক কংখু কৈ।

(১০) লাইরেং অসিমক্না লোক শিথ শিথহুনা থুবা (whooping cough কুকর খাঁসী) কৈ। মচু অসিগী ঈশিংদা লুপ্পবা ফিনা খৌরীদা পুংথাই অমা য়েংহুনা থন্নগা কান্নবা হেনগনি।

(১১) মঙ্ক্র্া মচুগী ঈশিং শরূক অহুম, অঙাঙবা মচুগী ঈশিং শরূক অমা তিন্নহুনা থক্লগা থগেবা কৈ।

(১২) ওকশম অমস্তুং লেংজুমদা নাবদা মঙ্গ্রা মচুগী থাউনা মালিশ তৌরগা কৈ।

(১৩) মঙ্গ্রা মচুগী ঈশিং শরূক অনী, কমল্লা মচুগী ঈশিং শরূক অমা য়ামহুনা নোংমদা তরুকলক থকপা চাকথাউদা নাবা কৈ। পুক্তা শংবায়বা মচুগী মঙালনা য়ৈহল্লগা কায়বা হেনগনি।

(১৪) মঙ্গ্রা মচুগী ঈশিং নোংমদা ওলক থকপা অমস্তুং ওক-শমদা ঈশিং অশাবা অমস্তুং অঙৈংবনা শুন ওন্দুনা হিগা য়ৈবা (alternate compress) খোল তাবা কৈ।

(১৫) মঙ্গ্রা মচুগী ঈশিং অমস্তুং অশংবা মচুগী ঈশিং য়ামনা হিন্নহুনা লুম্বু লুম্বু শাহল্লগা নোংমদা অহুমলক থকপা অমস্তুং ঈশিং অসিমক্কা চীন তেংথোকপা চীন-লৈ নাবা কৈ।

(১৬) মঙ্গ্রা মচুগী ঈশিং শাহল্লগা লশিং লুপতুনা নোংমদা ৪রক খোম্বা য়ারীদা খোমলগা য়ারীদা পোম্বা কৈ।

(১৭) মঙ্গ্রা, মচুগী থাউ হৈতহনা মালিশ তৌরগা মতম চাদনা পোক হৌবা কৈ, অসিনচিংবা।

খণ্ডহজবা— হিগোক মচু, থামেন মচুনচিংবা লৈহৌরিবা অতোপ্পা মচুশিং অহুগী মওঙ মঙ্গ্রা মচুগী গুণগা ইমান মায়বা মরম্মা তোঙাম্না অমূক ইজদ্রে।

# মুশিঙ্তা মচুগী গুণ শেম্বা

ঈশিং নত্রগা থাউনচিংবদা মচুগী গুণ শেম্বগী নিয়মশিং মথক্তা নৈনব্রে। ঈশিং, চিনিনচিংবদা মচুগী গুণ শেমদুনা শিজিন্নবসি ঙমলবদি য়াম্না ফরে অদুবু মচুগী লাঈয়েংসি পামদি পামজবা শেম্বা খোংপগী শাজেনশিং অসিদি হোংনবা ঙমদবা কাং-বুশিংনা মুংশিঙ্তা মচুগী গুণ শেমদুনা শিজিন্নবা য়াই। চান থক্নবা পোত্তা শেমদুনা শিজিন্নবদা কান্নবা ফংবগুম মুংশিংদ্তা শেমদুনা শিজিন্নবনা ফংবদি ঙমলোই। খর্না মখৈদি কান্নগনি। থক্না চানবা পোং ওইনা শিজিন্নবগী মতমদগী খর্না হেন্না, মতম শাংনা শিজিন্নবা দরকার ওই।

### শেম্বা অমসুং শিজিন্নবা

দরকার ওইরিবা মচু অদু পোং অতৈনা ওইথিবগুম্না মুংশিংকৌব্রু মচু মচুগী লিক্লী দরকার ওই। মচুগী লিক্লী ফংদ্রগা অপাবা মচুগী চে নপত্তুনা শিজিন্নবা য়াই। দরকার ওইরিবা মচুগী লিক্লী অদু মনম-মহা চেন্দনবা, থুনাম্বা য়াওদনবা হান্না শোংনা তেংথোক্তুনা থমগদবনি। অদুগুম্বা তক্ত তক্নবা লিক্লী অদু মথুম চেংনা থুমজিল্লগা মুংশাদা থমগদবনি। মুংশা কন্না শাবা মক্তমদদি পুং অমরোম থম্লগা য়াই। মুংশা কনকাত্তবা মক্তমদদি পুং ২ রোম থম্লগা য়াই। হায়রিবা মতম অসি

য়েৌবগা মথুম থুনা হাংদোক্লুনা খর লৈখা নাকনগী নাতোন-লোমদা থমহনা শুম্বমথৈ থুনা অমম্লুং কুইনা চিংশিনগদবনি। লিক্লীদগী লুংশিং অহু চিংশিনবগা খর থুনা থাদোক্লোইদবনি। শুম্বমথৈ খাঙহনা, খর থিংহনা থম্লগা মমৈথঙদা তপ্পা তপ্পা থাদোক্কদবনি। মতৌ অস্থুম্না নোংমদা ৩/৪ রক তৌবা য়াই। অনিরক্তগীদি তারোইদবনি।



## মচুগী মঙালনা য়ৈহনবা

মথক্কী লাইয়েংশিংদা "মচুগী মঙালনা য়ৈহনবা" হায়বা রাহৈসি য়াম্না তোয়না পনগ্রে। থাঙ্গেংশেংবসু য়াম্না দরকার ওইরিবনি। মতৌ করম্না মচুগী মঙালনা য়ৈহনগদগে হায়বহুদি নৈনখিদবনা খরা শুক্কা থোক্লম্বসু য়াই। মাচুগীদমক শম্না নৈনজরি।

মচুগী, মঙালনা য়ৈহনবসিস্থু মচুগী মিংশেল অপাকপনা শিজিন্নগদবনি। লুংশাগী মঙালদা নক্লগা বিজলীগী মতেংনা দরকার ওইরিবা মচুগী মিংশেল অহুদা য়ৈহল্লগা তারিবা মমি অহুনা হকচাংদা য়ৈহনবনি। লুংশাগী মতেংনা শিজিন্নবনা বিজলীগী মতেংদগীদি হেন্না কান্নবা কংগনি। অমুক য়ৈহনবদা পুংখাই অমরোম য়ৈহনগদবনি। কালেন থাগী লুংশা কম্না

শাবা মতমদা ওইরগা ঈশিং অঙৈংবা গ্লাস অমরোম, ঈংথম থাদা ওইরগা ঈশিং অশাবা গ্লাস অমরোম হাপ্না থকপা দরকার ওই।

হৌজিক হৌজিকমক মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা মহৌশাগী লাঈয়েংগী কলেজশিং অমসুং অচৌ অচৌবা লাঈয়েংশঙশিংদদি (Hospital) শাজেল অসিগীদমক উপূ ওইনা শেম্নগা তৈয়ারী তৌহনা থম্নরে। মণিপুরদদি অহৃগুম্বা থূদোংচাবশিংহু কংত্রিখনিনা যেশা উপাই তৌহনা মিংশেল অহ্ থমহনা শিজিন্নবা তাব্রি।

———

## অচৌবা মচুগী গুণ

লাঈনাশিংগী লাঈয়েংবদা অতোপ্পা মচুশিং - অঙাঙবা, নাপু-নচিংবগুম্না শিজিন্নবা য়াত্রবসু অঙৌবা মচুগী গুণ থরদি লৈজে। অতোপ্পা মচুশিং দরকারগী মতুংইন্না ঈশিংদা নত্রগা থাউদা নত্রগা ঘীদা নত্রগা মিশ্রীদা মচুগী গুণ হাপ্নগুম অঙৌবসু য়াই। অঙৌবা মচুগী গুণ শেম্বা তারবসু মথক্তা অতোপ্পা মচুশিংগী শেম্বগী নিয়ম পিথিবহৃগা চপ মান্নবা শেমগদবনি।

অঙৌবা মচুগী মকুওইবা মথৌদি হকচাংদা মৈশা হাপ-কংপনি। লিভর, পৈ চাউথোকপদা অঙৌবা মচুগী ঈশিং

থকপা অমস্তুং মচুসিগী থাউ তৈত্থনা মালিশ তৌবা য়াম্না কান্নবা ওইবা ফংগনি।

অশোবা মচুগী থ্বাইদগী মরুওইবা মথৌনা তেংবাংবনি (help)। লাইনাশিংগী লাইয়েংবদা মচু খুদিংদা তেংবাংবা ওমই। অশোবা মচুনা তেংবাংহনা অতোপ্পা মচু খুদিংগী মপাঙ্গল হাপকৎলি হায়বগী অর্থদি দরকার ওইবা মচু অমনা লাইয়েংবদা অশোবা মচুগা ওন ওন্দুনা ( alternate ) পিথকপা নত্রগা পিজবদা মচু অতুগী মপাঙ্গল কলহল্লি। লাইনা অতু থুনা কোকহনবা ওমই।

য়াম্বগী চাংদি অতোপ্পা মচুগী চাং অতুগা মান্নগনি। মতম্না অতোপ্পা মচু অমা থকখিবা মতুং চাউরাক্লা পুংখাই অমমোম লৈরগা থকপা যৈ।

মথক্কী লাইয়েংশিং অসি চৎথবা হৌরকপদা য়ামদ্রবদা চয়োল অমরোমদি উহৈ চাহনা নেনবা (fruit deit ফলাহার) ওহল্লবদি য়াম্না হেন্না কান্নবা ফংগনি। ফলাহার করিনো হায়বহ মখাদা পিরি।



# উহৈ চাদুনা নেনবা

## (Fruit diet— ফলাহার)

মহৌশাগী লাইয়েং (Nature cure) গী মতুংইন্না অনৌবা অনাবশিংগী (Acute desease) লাইয়েং হৌরকপা চহ্না অমা অনী হেলহনবা (short fasting), অরিবা অনাবগী (chronic desease) লাইয়েং হৌরকপদা চয়োল ১/২ উহৈ চাহনা নেনবা দরকার ওই। মতম মতমহুদা অফংবা উহৈ মাহৈ চাগদবনি। মণিপুরগী ওইনা চাবা য়াবা মরুওইবা উহৈশিংদি পুংদোন নাসপতি, কমলা, কিহোম, অবাথবী, থবী, তোব্রে'াং, খোঙচ্রুম, লফোই অসিনচিংবনি। খজুর, কিশমিশ য়াম্না ফবা উহৈ ওইরবসু মণিপুরদা মরাং কায়না ফংদবা মরম্না মশীং থাজদ্রে। তাঙলবসু তাঙনা লৈহনা থম্লগা চাক চাবা মতমদা খরা-খরা চামিন্নবা ওন্নবদি য়াম্না কান্নবা ফংগনি।

খঙহন্নবা— মীরোনবী অমম্তুং চাকথাউগী লাইনা লৈবা মীনা কিহোম চাবা য়াদে।

মী অমনা কয়া য়াম্না চাগদগে হায়বহুদি নী মীহুগী কিবমগী মতুংইন্না লেপকদবনি। অহবু চাউরাক্লা কিলো তংখাই-দগী কিলো অমগা তংখাইরোম কাওবা চাবা য়াই। ফলাহার ওইরিবৈগী মতুংদা হুশিংদি মরাং কায়না থককদবনি। নোংমদা লিটর অনিদগী তাদনা থককদবনি। মকোশাদগী খরা থকনবা

মীনা থরা হেন্না থকপা য়াই। অমুক থকপদা য়ায়া থক- চিল্লোইদবনি। মচিং মচিং গ্লাস ডংখাইরোম য়ায়বদা চা গ্লাস অমরোম থকপা য়াই। উহৈ চাবা হেক লোইবগা শক্লোম গ্লাস অমরোম থকপা ওয়বদি হাওবদা নঙনা কায়বস্থু য়ায়া হেনগনি।

উহৈ চাহুনা লেপ্লিঙৈ মঙুংদা হুমিং খুদিংগী এনেমা তৌহুনা অমাংবা শোইদনা লৌথোকদবনি। খোঙ হাবয়স্থু হামজ্রবস্থু এনেমা শোইদনা তৌগদবনি মরমদি খোঙ হায়বস্থু মপুং ফানা হামলোই। চয়োল অমরোমদগী হেন্না থা মথাই নঙ্রগা হেন্না ফলাহার ওইবা তারবদি অয়ুক অমস্থুং মুমিদাংরাইদা এনেমা অনিরক তৌবা ফাওবা য়াই। ফলাহার শাংনা তৌবগী অকাইবা করিস্থু লৈতে, অহানবা হৌরকপদা হৈনদহুনা থরা রানা থোক্লবস্থু কুইরক্লগা অরাবহ্ন ফখিগনি। রামায়ণ অমস্থুং মহাভারতা রামচন্দ্র অমস্থুং পাণ্ডবশং শাংনা শাংনা জঙ্গলা লৈহুনা মপুক্তি নেনবা ওমখিবা অহ্ন উহৈশিংগী মতেংননি।

এনেমা তৌবা মতমদা লোংনা নঙ্রগা ওইরোমদা য়াতাহুনা হিপকদবনি। য়েংলোমদা য়াতাবা য়াদে। মোন লৌথোকদবনি, মতম থরা শাংনা এনেমা তৌবা দরকার ওইরবদি কাংথোল অহ্ন লুথুমদগী থুয়ারোমদা ইঙ্কি অমরোম রাংথংহন্দুনা শেয়গা থমগদবনি।

তোয়না তৌদবা নোংমা ফাদোক্তা এনেমা তৌবাগী ওইরবদি ঈশিং পৌরা অনীরোম্না য়াই। থরা শাংনা তৌবা ওইরগা

পৌরা অনীরোমদগী খরা খরা হেনগৎপনা লিটর অমরোম কাওবা য়াই। লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিংনা তৌগদবনি। মতম শাংনা তৌবা ওইরবদি চয়োল ১/১ দা অমুক্তি অহংবা ঈশিংনা তৌগদবনি। নোংমা ফাদোক তৌবা ওইরবদি চন্দ্রা মরী য়ানবা য়াই। মতম শাংনা তৌবা ওইরগা ঈশিং ঈচমদনা তৌগদবনি। মতম শাংনা তৌবা কাংবুনা লেপলমদাইদা ঈশিং অহু খরা খরা ককথগদবনি। অরোইবা নোংমা নিনি অহুনি পৌরা তংখাইরোমনা তৌগদবনি।

---

## দরকার ওইবা কি-রোলগী মচু

১। কালেন থানচিংবা অশাবা মতমদা অমুবা কি-রোল শিজিন্নরবদি য়াম্না শাগৎকনি মরমদি অমুবা মচুনা মুংশাগী মঙাল চুপশিল্লি। অঙৌবা মচুগী কি-রোল শিজিন্নরগা শাগৎপা ফংনগনি।

২। ঈংথেমথাদা অঙাংবা মচুগী কি-রোল শিজিন্নরগা হকচাং লুমহনগনি।

৩। ঈ রাংশগী লাঙ্গৈনা লৈবা মীশিংনা অঙাংবা মচুগী কি-রোল শিজিন্নবা কৈ।

৪। থম্মোইংগী লাঙ্গৈনা লৈবা, কুইনা শোন্দুনা লৈরবা মীওই-

শিংনা শংবাম্নবা মচুগী ফি-রোল শিজিন্নবা কৈ।

৫। কিগনবা, থরাই রাগনবা কাংবুনা মঙ্। মচুগী ফি-রোল শিজিন্নবা কৈ।

৬। থবোশ্নী (lungs) মথৌ তৌদত্তুনা শ্বর হোনবদা বেরা লৈবা, মীওইশিংনা কমল্য মচুগী ফি-রোল শিজিন্নবা কৈ।

৭। উরিং থুংগনবা, মাইহিং কাগনবা কাংবুনা শংবাম্নবা মচুগী ফি-রোল শিজিন্নবা কৈ।

৮। মিৎ তোন্ননা নাগনবা, নত্রগা মিৎ উবগী শক্তি রাংপা কোক ভাওগনবা কাংবুনা অশংবা মচুগী ফি রোল শি-জিন্নবা কৈ।

৯। পাৎপা, পোম্বা তোন্ননা তৌগনবা কাংবুনা মাপু মচুগী ফি-রোল শিজিন্নবা কৈ।

১০। পুক্কী লাঙ্গৈনা লৈবা কাংবুনা কমলা মচু নত্রগা শংবাম্নবা মচুগী ফি-রোল শিজিন্নবা কৈ। অসিনচিংবা।



# লাইনাশিংগী লাইয়েং য়াওকম তাকপা

---

লোইরবা

# লেখকী কোওথ্রবা লাইরিকশিং

১। উহৈনা লাঙ্গৈয়েংবা ( ১৯৭৫ )
(উহৈ খুদিংগী কান্নবা অমস্তুং লাঙ্গৈনাশিংগা মরী লৈননা শিজিন্নফম তাকপা ) মমল্ লুপা ২'৫০

২। য়ুম্বাল্লোন লমজিং ( ২শুবা খুৎনম ১৯৮০ )
( য়ুম্বাল্লোনগা মরী লৈনবা হীরম খুদিং নৈনবা )
মমল্ লুপা ৬'০০

৩। অরোনবা লাঙ্গৈনাগী লাঙ্গৈয়েং (২শুবা খুৎনম ১৯৮০ )
( অরোনবা লাঙ্গৈনাশিংগী লাইওং অমস্তুং লাঙ্গৈয়েং কুপ্না নৈনরবা ) মমল্ লুপা ৩'০০

৪। অঙাংগী লাঙ্গৈনা অমস্তুং লাঙ্গৈয়েং ( ১৯৭৯ )
( অঙাংশিংদা নাগনবা লাঙ্গৈনাশিংগী কৌরকফম, লাইওং অমস্তুং লাঙ্গৈয়েং তাকপা ) মমল লুপা ৪'00

৫। মচুগী পাম্বৈনা লাঙ্গৈয়েংবা। মমল লুপা ৩'০০

# লেখক্কী থুনা কোওলগদবা লাইরিকশিং

১। মহৌশাগী লাঙ্গৈয়েং। ২। য়ুমগী ডাক্তর।
৩। অনা সভা। ৪। অনাবা মশক তাকপা।
৫। মিৎকী হকশেল। ৬। মনিপুরী কবিরাজ।
৭। হোমিও ডাক্তর। ৮। করি করম্না চাগনি ? অসিনচিংবা

মতম ডাইরি                                                  পুখোকচরগনি

ডিভাইন ক্লিনিক, ককচিংনা থা ৩/৩ গী চেকোঙ ১৯৮১ ইং, জানুয়ারী থাদগী শোইদনা পুখোকচরগনি। খুদোং চাবগী মতুংইন্না থা/থাগী ওইবন্থু য়াই।

## "হকশেল"

এলোপেথী, হোমিওপেথী, আয়ুর্বেদ, হকীম, একুপংচর, মহৌশাগী লাইয়েং, মৈতৈ মাইবগী লাইয়েং অমদি য়ুমশাশিংগী লাইয়েং অসিনচিংবা লাইয়েং মখল খুদিংগী মরী লৈনবা আর্টিকলশিং তাং ৩০/১২/৮০ ইং ফাওবগী মতুংদা ডিভাইন ক্লিনিক, ককচিং বাজারদা থাবিয়ক্লুবা মীয়ামগী মফমদা মাঙজোননা থগৎজরি।

চেকোঙ 'অসিবু নম্বীনিংবা প্রেসশিংনা পীবা ডমগদবা কনসেসনগা লোইননা মথক্কী মতমসিগী মতুংদা খঙহনবিয়ক্লুবা নিংশিংজরি।

ডাঃ এম, ধনেশ্বর সিংহ
c/o ডিভাইন ক্লিনিক, ককচিং, মণিপুর।